শালা দেবীগী—

# "করিগী খুংশাওনো"



মখ পুম্নমক্ লাইবগীনি।

মমল রুপা ৬·০০

## "কঙ্চবা"

মীওই' মপোক অথোইবা,
লাইরৈপাক লমদম পাংথ্রবা,
ইপুরোইবগী খুৎতা, —
হাপ্লবনি ঐগী,

"করিগী খুৎশাওনো।"

শীলা

## “হায়জবা”

ঐবু ইনিংবগী রাখল পোকহনখিবা নোংপোকথোঙ অমসুং নোংপোকথোঙগী ইডিটরগী মফমদা অমদি পুকচেল চাওরবা লৈয়োন প্রেসতা ঐনা শীংঙমত্রবা লমল তোল্লবনি মপোকসিমগী ।

আইবো

কোঙজবী

শীলা দেবী
কৈশামথোং, ইম্ফাল।

অহানবা কোঙবা
জানুয়ারী : ১৯৮৪ ইং
লাইরিক মশিং - ১০০০

# "করিগী খুংশাওনো ?"

## ১বা

## "চিতাগী মৈথুরক্তা"

"চৎলত্রা ইমা, নশেগাদা হিংজবী, ইপুরোইবনা থাদোক-পিরবী লাইবক থীবি নচাবু কনাদা শিন্নবীরম্বগে ইমা !"

মীকপ মীরাও অহ্ তানা তানা তপ্পা চেম্বরি, ইমাই চোল্লবী নম্বুল তুরেল। লৈশিন্দুনা য়েংলমই ঈরেনা তোর্ব্বানথক্তী দৃশ্যহ্। মতম কুইনা উৎনতা লাক্লবা দৃশ্যহ্ য়েংবা লাক্লরকুই য়েংনিংদনা তোর্ব্বানথক্তী চাউরবা মশা মরেং ফল্লবা সনা খোংনাং পাম্বীনা। অয়ুক্তী শেংলবা নুমিংকী মঙাললা নোংলক্তা লাকক্ লাকক্ মঙাল পীরক্লি। কুপ্লি কুপ্লি তাবা লো লিক্লা মংগুম্লিবশিংগী মিংকী পিগা লোয়নলা লৈমায় তমক্লি।

থম্মোয় শোক্লা তেংথারি নন্দিনীনা মনেমবু কোওনা। মশম মনা ফারবী বিশ্মিয়াদি সনা খোংনাং পাম্বীদা ঙারহুনা চিতাদা মুন্না য়েংলক্লি। মৈ চুবতা ঙায়রিবা চিতাদগী কারকপা অমুবা মৈখুগী চবুলনা রাংনা কাখৎলক্লি। মৈখু চবুল অহুদা উরকই

## চিতাগী মৈথুরক্তা

বিন্দিয়ানা মন্দোমচাবু। পুকচেল ফজবী ব্রাঙাং নুংঙাইবী মন্দোমচানা মোমোন নোক্লগনা হায়রকই— "য়েংউনে মেমা অসিদা হৌবা উশিং অসিগী উনাশিং অসি ফজদ্রা ?"

"উম, মফম অসিদদি উফুল থাংদবনিনা উনাশিং অসিগী মচু অসি ময়েক শেংনা শংই।"

"ঐখোয়না চংলুব্রিবা লাইশং অসিবু করি মমিং কৌবগে ?"

"লাইশং অসিবো ? এলিফেন্টা কেপ কৌই ইন্দোমচা" সুতন-কুমারনা নোক্লগনা খুম্নকই, বিন্দিয়া • নোক্লকই।

"মনুংঙস্থ লাইগী লাই ঙাক্তা" মন্দোমচানা তপ্না হায়রকই। "শিব-দুর্গাগী পুন্সি ব্রারীনি, চীংদা হুৎতুনা হক্লুনা শাবনি অদুগা ইন্দোমচা, মঙ লাইশঙ নত্তে, থাইনগী নিংথৌশিংনা শেমলম্বা চীংদা হুৎতুনা শেম্বা গুহা অমনি। পোর্টুগীজশিংনা ইহান হান্না মফম অদুদা সমুদ্রদগী থুংলবা মতমদা সমুদ্ররোমদা মমায় ওন্দুনা অচৌবা মুংগী শামু অমা লৈরমঈ হায়দুনা কেপ অসিবু মখোয়না এলিফেন্টা কেপ হায়না কৌরমই, শামু অদু হৌজিক্তি বোম্বেগী ম্যুজিয়মদা পুঃনা থমগ্নে। অদুগী মনুংগী লাইশিং অত • অতেক অকায় য়াউরিবশিং অত মখোয়না নোংমৈনা কাপ্তুনা শান্নব ীনি।"

নোং নুংশিং লাক্লুনা সমুদ্রগী ঈশিং ঙাউরক্লে। ঈশিংনা শাফু কন্না কন্না মোটোর বোট অদুদা ফুজিনবা হৌরক্লে। মনুংদা তোংলিবা মীশিং অদু ইচোৎ চোৎলে। মন্দোমচানা হায়রকই—

"করিনা মেমা ভৌশিসিবো ?"

"নোং নুংশিং অসিদা সমুদ্র ইথক হৌরগিবনী।"

"জহাজ অসি লুপ্লবদি কমদৌনি ?"

"লুপ্লোইদা, লুপ্লগনা শিরেদনা"

"ইমাইপেমা, শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো কনবিয়ু। লাই খুরুম্লকই মন্দোমচা।

"ঈশিং অসিদি থুম য়াকখ্রেদা" মথা শমথরকই।

"কীনা কীনা করম্না ঈশিং মহাউ তংলুরিবা!" বিন্দিয়ানা হায়ৎকই।

"ঈশিং ফুজিল্লকপসিদা য়াদা চোংলকইবা, মেমা ঙসাইগী ফি অঙৌবা অচৌবা অমা রাংনা খনগৎলগা চংখিব হিজাউদুবু কদায়দনো।"

"বোম্বেদা কৈথেল কাবা চৎলিবনি, কেপকী মীনি।"

"ফি অদুদি করিগী খল্লিবনে? নুংশিং নুংশা ঙাক্লবরা?"

"নত্তে, ফি অদুদা নুংশিংনা য়েরগা হি অদু তাউথখিনবনি।"

মন্দোমচানা রাখলদা লুপ্লবগুম লৈখি।

"য়েংউনে মেমা, আদগী মেনা পুমলং লংলিবসিবু করিনো?

"মরক মরক্তা শারিবশিং অসিনা টব্রারনি, অদুগা আদা গেট মারা শারিবা মৈনা পরেং থাল্লিবসিনা নুংদাংদা জহাজ থুংলবদা লম্বী খঙনবনি। সোরোক্তা ইলেকত্রিক পরেং থানবগুম 'সিদম্সু থাল্লিবসি উব্রা ?"

মন্দোমচানা জ্ঞান তারবগুম খুমলকই— "উই"

"আদা সমুদ্রদা শারিবা নেভীগী লৈফম শাংকী য়ুম অসিদি উব্রা ?"

"উই, ঈশিংনি হায়রনা ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈতর্বনদা শাংকী য়ুম শারিবা ইলেকত্রিক পরেং থাল্লিবসিবু করম্না তৌরিবনো ঙক্ত্রা ?"

"য়ুম অসিদগী মেচিন্না জহাজদগী পোং লৌখৎলিবসিদি উব্রা ?"

"উইনে।"

ইন্দিয়া গেট য়েৌরে। হিদগী মীশিং অদু অমমম মখুৎ পায়র পায়রদুনা সিরিদা চিংখৎলি। মন্দোমচা সিরিগী মচেক্তা নেৎলু-দুনা মখোং অদু শং নাম্থখ্রে, ফীংনা লাউরকই— "ইমা !" বিন্দিয়াস্থ খংলাও লাওরকই— "ইশোমচা—"

বিন্দিয়া মিকপ থোকলকপগুম জ্ঞান খংতা তাই। কোইয়েং য়েংলকই। ইনৌ নৌনা মৈচাক ফাওরকই। ঙসিদি অনিমক মাবু থাদোক্কুনা চংখ্রে। মমায় খুমদুনা কপ্লকই। অমুকস্থ য়েংলকই চিতাগী মৈখুরক্তা মন্দোমচাবু উব্রা হায়দুনা। অদুবু মৈ কৌবা লাইনা মরৈ লিশিং অমা থমদুনা মৈচাক ফনা চাক্লম্লে, মৈখু চৎুল অদুবু চাইখাইখিরম্লে।

## ২বা

## "আস্থ সপ্তয়দ।"

দারীদা মখোং য়াম্থরদুনা মশম মনা ইফা কারবী বিন্দিয়া ফমলি। মমিংনা তরং মালংদা য়েংলি কপ্পস্থ তৌদে। ঙমাংদা

চোনরে। হেডক্লার্কনা খুল্লাকপা কৌথোক্লুনা মখোয়গী লৈফম পীনবা হায়রে। খুল্লাকপনা স্কুলদা লৈনবা হায়রক্লে। ফি-ে.াল পুথোক্লুনা পীরে নুতননা হায়রকই —

“নিংথৌ. নখোয়গী মেম সাহেবসি য়াম্না ৱাৱবনি. পোখানবা খ্:া থুনা শিল্লু।”

খুল্লাকপা অমগুং ক্লবকী নহ.ৱোল থোক্লক্লুনা শিল-লাংলে। খুল্লাকপনা হায়রকই— “সাহেবশু ফমদা হিপ্লিয়ো।”

ক্ন্:াই ভামলোই চংথুনা মখোয়না। শেমলিবা ফমুং অদুদা হিপলুরে।

বিন্দিয়াগা মখোমচাগদি নুংদাং অদু করিমগুী চাদ্রে, হিপ্তুনা পোথারে। নোং ভাঙবদস্থ প্রোগ্রাম অদু ককথৎতুনা চুরাচান্দপুরৱোমদা হন্দোক্লক্লে। চুরাচান্দপুর কৈথেল ময়াদা ডাক্তরগী মখা থংবদা ত্রাইবেল অহল অমগী চাউরবা গেষ্ট হাউস অমা লৈ। মদুগী গ্রাউণ্ড ফ্লোরদা হেডক্লার্কখোয়গী রুম অমা ফাষ্ট' ফ্লোরদা নুতনকুমারগী রুম অমা লৌদুনা নুমিৎ মরি মঙানিরোম লৈরমই। নোংমগী নুংদাং অমদা পুং ৮দগী হৌবা পিকচর অমা য়েংবা চৎলমই। সিনেমা হোল নকপনা খোংনা চৎলি। সিনেমা লোয়রদুনা হল্লকপদা মী অনিখক্লা য়াম্বা নক্লা মখোয়গী তুং-মাংদা চৎপহ্ বিন্দিয়ানা হাইফেৎ হাইফেৎ চিংনরকই। হেডক্লার্কখোয় মখাদা লৈহৌরে, মখোয় অহুম্না মথক্লা কাখৎলক্লে। সিড়ি কাকমদা নুপা অনি অদু চিবোন চিবোন তৌনদুনা য়েংবগুম য়েংদবগুম তৌতুনা লৈহৌবহ্ বিন্দিয়ানা

মথক্তুগী হন্না য়েংলকপদা উই। মুতননা হংলকই– "করিনো নংনা হন্না হন্না য়েংদুনা চংলিব বো?"– "কৈগুম তৌদেদা" বিন্দিয়ানা খুমখি। ইমুংদা চংলক্লে। মখোয়না লৈরিবগী মরিশুবা কাদনি। কাগী মমাংদা লম্বী অমা লৈ। মায়োক্লবদা কেরালা মচা অমস্থু লৈ। বিন্দিয়াহোইনা লৈরিবা কাগী মমাংগী বেলকোনি অদুদা চৌকি অশাংবা অমস্থু লৈ। থাক কাফমদা থোং অমা লৈ। মহু মুমিং খুদিংগী হোটেল মপুনা লোল্লি। হোটেল মপুস্থু মথক্তা লৈ! মুমিং অহুদি থেঙহনা লোল্লদ্রে। ইমুংদা মঙোমচানা কাংখল খনবা হোংনরি ইঞ্জিনিয়ারনা মফি হোংদোক্লি। বিন্দিয়ানা মপাল থোক্কে হায়দুনা চার্জ মঙা হানবা টোর্চ অচৌবহু পায়রদুনা পরপ পরপ থোক্লকপদা সিরিদা মথোং য়াম্বহনা মতুং ওস্থোক্লগা মুপা অমা ফমহুনা লৈরমলে। বিন্দিয়া হঞ্জিল্লকলে। বেলকোনি রোমদা থোক্লকপদা টোর্চ অদুনা লৈহুনা কাপ্লকপদা চৌকি মরুমদা লুমদুনা লৈরম্বা মুপা অদু অফিং অফাই চৌকি মখাদা হেক পাকথবদা চৌকি অদু গ্রোং গ্রোং লাউনা মখোল থোক্লকই। বিন্দিয়া "ইমা" হায়না লাউরম্লগা চেনশিল্লকপদা থোংজিলদা খুদি থিদুনা ইমুংদা উপ্লা তুশিল্লকই। মুতনগী "কৈক্লেদোরে?" হায়দুনা চেনথোকলকই। চৌকি মখাদা লৈরম্বা মুপা অদুসু চেনখিগে তৌবদা বিন্দিয়াগী মখোংদা খুদি থীজিন্দুনা তুশিল্লে। ফিংনা হৌগত্তুনা কন্না চেনখ্রে মাইয়োক্লবা কাদা লৈরিবা কেরালা মচাপস্থ হোটেল মপুস্থু লোইনা চেস্থোক্লরক্লে। রারী অদু তারে হোটেল মপুনা হায়রকই– "অশুম্না খরা খরা থোকপনি মতুংদা থেংনা খক মপাল থোক্কনু।"

'করিনো পালা শকপগী মখোল তারক্লিবসিবু. ওস্থোক-পনিদকো অশিবা মীদা লৈতেংবিবগুম মন্দোমচা পোংলোয় শেৎপী, মমাল্লবীশিং কনানা খুজি শিজিনবী. কনানা খুদোপ. পোংলোয় শেৎপীনা ঝাঁপা হাপ্পা হোৎনরকই কোক্তা। হকচাং চনবা মিংশেল অমনা মাংদা মিৎ চাল্লগদবগী ঙাইরি বিন্দিয়াগা। বিন্দিয়া পোৎলোয় শেৎপা লোয়রদুনা হৌগৎলক্লে। মমায় অদু হক্সংলুবমক্তদা মিংশেলদা উরকই মশাবু— "ইমাইপেমা, ওস্থোক্পা লাইধী মাল্লেদা. পোৎলোয়নী হায়দুনা ইখন হেক খপোল্লদুনা। "মখোং থাংবা হৌরকই। সুরেসনা ফমুংদা মখোং য়াম্থদুনা য়েংলম্ব-দগী খুবাক খুরদুনা হায়রকই— 'বাঃ বাঃ ঐখোয়গী ইচেসি ফজরেহৈ।"

বিন্দিয়া সুরেসকী মতৌ অদুদা য়াম্না নোক্লিংলক্লে। নোক-থোল্লকই – হাঃ হাঃ হাঃ মনাকা লাইকল্লরম্লিবী অমনা কৌরকই— "বিন্দিয়া বিন্দিয়া "

বিন্দিয়া মমিৎ পাংথোকলকই। জ্ঞান তারকই। ফমুংদনী মহাক্পা হিপ্লিবসি। মোনগা কোন্নবা মকোকুস্থু ইচোৎ চোৎলে, ময়াম্না লৱাইদা ঈশিং হাপ্পগী, নন্দিনী মমিৎ মমায় ইপোম পোল্লদুনা মাগী মখোং মমাদা ফম্লি। শুমাংদা মপোমচাগী অস্তি পুখৎলকপগী পালানা ঈশৈ শকলি। বিন্দিয়া হৌগৎকদৌবগী হোঃনরকই। নন্দিনীনা হংলকই— "করিগীনো ইনম্মা?"

বিন্দিয়া তপ্পা হৌগৎলদুনা হায়রকই— "লাউ, ইপোমচাগী লৈ কৎলুসি।" হাইরং হাইরং চংলকই।

## ৩ শুবা

# "বিশ্নিয়াগী মঙ্গোমচা"

তোমচৌনা অহল ওইশিল্লকবদা মচানুপী অনি য়াম্না নবুনা পোকখি। মতম কুইনা মচাগী কুম্মে উদনা মহাক লৈখিদ্রে। লুখ্রাবী মমাগা লোয়নননা মোংম নোংমগী চাউরক্লিবী মচিন মনাও অনিনা শিল-লাংতুনা পানজবা ইমুংনি রামিন্নরকবা মচিন মনাও অনি অসি অশুকী মতিক মুংশিনৈ। পুন্সি চুপ্পা কায়নদনা লৈমিন্নবা হায়না লেপ্পখি! মালতী হৌজিক পুলিস ইন্সপেক্টর অমগী মুপী ওইরে। বুধি লৌশিং চঙখোনবী, মীয়োক মীচান ফজবী মালতীবু মুংশিনদবা য়াওদে। হৌজিক ইমুং অসিদা নিঙোল মরা শশীকান্তনা মুম্বুরেল ওইরে, মালতীগী মমা লুখ্রাবীসু লৈখিদ্রে। মালতীনা ফাগী ওই, অওইবা ওই মপুরোইবদা তমুবীবু মাগী লোন্নবী ওইনবা তক্লুরকখি। শশীকান্তনা শাওরংননা খুমখি—"য়াওং ইন্দুনস্নু লৈরবদা মহুবু ফজবা থবক্লা? মীনা করি হায়নখিনি।"

মালতী মতম কুইনা ভুমিন্না লৈখ্রে। বিশ্নিয়াগী চহি তরা মপুং ফারে। নোংমদি মালতীনা মপুরোইবদা হায়রকখি—ঐ.খায়গী ইচানুপা অমত্তং উজনবা অতোপ্পী মুপীবু লৌরুগদবগী শরক তয়বীবু লৌশিনবীবু।" তমুবী মশক থীবি নুপী নত্তে। শাবাক্না রাঙাংদা, মিংয়েংদা, কুচুদা মীগী মিংয়েং চিংশিনবীনি। শশীকান্তন থোইনা পামলুদবগী রা নত্তে। হাইফে ইবাইরবগী

ফৈজোম নাম্না শেংলবা নগুন লংনা থাংলবা কোয়েং হাপ্পা পা.া-শিং মখুত্তা ঝাল পায়রক্লুনা মরি মরি কোম্মোংলোমদা থেংকখি।

"ইমাইপেমা লুহোংবা কায়গদৌরিব্রনে তৌরিসিবু!"

মন্দোমচানা থরাই রানা পাখৎনা হায়রকই।

'ইন্দোমচাগী ইবেম্মা, হৌগৎলোনে, পালা হৌথ্রেনে, ইন্দোমচাগা চাক চামিন্নরসি লাকও—"

"বিন্দিয়া তাদে, অঙম্মক ফমলি। গতি লৈত্রবী মন্দোমচানা মখোং শিং তিংথোক্তুনা মচেবু কৌদুনা কপ্লকই—

"ইচে ইবেম্মা ঐবু কমদৌ হায়রিবনো— ও - ইচে - ইচে"

বিন্দিয়া তপ্না মমায় লৈথোক্তুনা মন্দোমচাগী মায়থোং তম্না য়েংলকই 'হৈমা রসিদি ইন্দোমচা নত্তে, ইপা স্নুরেসকী সুপী নন্দিনীনি।"

নন্দিনী কপ্লি, মমিৎতা মপি মরি মরি শিন্থরি। মশম মনা ইফা ফাই, মথুৎনা লৈবাক্তা ফুর ফুরদুনা কপলি—

"হো ইমা! ইমা!"

নোংমা কপখি বিন্দিয়ান মপা লৈতবদা, মমা লৈতবদা সুতন কুমার লৈতবদা, অত্তগা ঙসিনা পুম্নমক শূপ্লবী মন্দোমচা লৈত্রে। বিন্দিয়াগী সংসার হাংলে ওইনজফম, কেনজফম রা তাজফম পুম্নমক চংখ্রে।— "ইন্দোমচা নংনা ঐগীদমক রাখিবা ঐশ্ব করম্না কাউরসিগে" শ্বর ফুনগৎলক্লে। লৈমায়দা তুথরক্লে। ম াম চংত্তনা ফমুংদা পুশিন্দুনা লাইকন্নংকই। ময়াম অক্লুনা হায়নরকই—

'মিকপ মীরাও তাহন্নসু।"

নন্দিনী মন্দোমচাগা নুতনকুমারগা ইবুংঙোচৌবা সুরেসকা বরাকতা হী তোংলি। নুংশানা য়কু ল.উনা শারে। মতম অ, ইমোচা বোই পোকত্রি মন্দোমচানা হী তোংনিং হায়রুনা তোংলিবনী। জিরিবাম আ' বীগী মনিংদা কাগদৌরিবনি। আই বীগী মনিং য়ৌরদুনা বিন্দিয়াহোই হাদগী কুমথদুনা হুরেল লৈরাই কারঙুনা আ, বীগী নাকলদা তাররে। চৌকিদারনা হায়না ঙাইরমই।

—স্যার চাক লোইদুনা ঙাইদুনা লৈজরে?" চৌকিদারগী য়েঙ্লাং অরাথবীগা ফাবৌঙা অতেকপগা থোংবা অমা অরাথবী রোনবা অমা নুতননা হায়রক —

"অরাথবী ঈরোনবসিদি ফনা হাউইনা।" ইমোচৌবা সুরেসনা পামই হায়রুনা চৌকিদারনা থিরুবা কা চরোংনা ওফিসকী জীপ অদু পিক থল্লে। মুবী চরোং অদুম পুখৎপা ঙমদবমথৈ লুপ্মী। মন্দোমচানা লাকপদা শাথীনা হন্দোকমনবনা হনখিবদি এয়ারদা হনবা দ্রাইভরনা রোডতা গাড়ী পুদুনা হনখিবা হায়না লেপ্লরে। অদুগু দ্রাইভরনা কুম্ভীরগ্রাম এয়ারপোর্ট ফাওবদি থিল্লমগদবনি। লম্বীগী নাকল নাকলদা হৌখিবা বাগানগী চা পাম্বীশিং অদুম নিংথিজরি। নেম্পক নেম্পক, ঈরং লংবা য়েনিং জুনবদা ঙাইরিবা অশংবা মনানা ইপুঙ পুঙলদুনা। মনা পুঙলবা খোক পাম্বানা চা পাম্বীগী মরক মরক্তা হৌদুনা অপুঙবা মশা মরেংনা চা পাম্বীশিং অদুদা উরম পীরি। অহুদস্থু অদুম্মক হশোকই। হরাগী মনমনে নুংশাগী মৈশানে, মন্দোমচানা ঙাই-হাক লৈতনা হংই— "য়ৌগদবা কয়াম রাখলি?"

ড্রাইভর অহল অ? মপুক য়াম্না ইংডি, খুম্নকই—"য়েৌগদৌরে।" হে কমনবনা চে'কথর?না মন্দোমচানা কয়া ব্রান খংখিবা। অ?বু অ.ক চ মিং?োই, মী তরুকনা থাং না অঙোবা ফীনা কুপ্লবা কূ মন্নুং অ?দা নিংঙাইবা লৈতনা তুম্নবী মন্দোমচাবু তোর্বান ত.া চে। মমৌ নুপী নন্দিনীনা ৎস্মোই শোক্না কৌজে খুমগে হায়বগী ব্রাখল লৈখিদ্রে অহোয়ন?ম তোর্বান ত.া চখি।

ঙসিদি মন্দোমচাগী অস্থি সঞ্চয়নি চৎনবী মতুং ইন্না পালাশিং অসিনা ঈশৈ শক্কদৌরিবনি ইমোচৌবা, স্বরেসনা ঙমজবা হৈ-লৈ কৎতুনা মমাগী সেবা চংগদৌরিবনি অদুবু কদায় ?রেসতি? মহাক্ত ব্রাখলনা থ?াই লানঙমখিদ্রবি মন্দোমচানী অশুক কুইবা অসি মরা মপাউ অমত্তা তাদনা কদায়দবু চংশিবা লৈকায়গী মৌপ্না অমনা মন্দোমচাগী সেবা চংলি। মসিবু হৌনব্রনে বিন্দিয়াগী থম্মোয় শোকই। কপ্লকই— 'নরাইবক থীদকো ইন্দোমচা' বিন্দিয়া হিক হিক কপ্লকই। মনাক্তা ফমলিবীশিং অমুনা থেমজিল্লকই "ইবেম্মা কপ্লগন্নু, শিবা চংবা হায়বসে সংসারগী হৌনবীনি, ঐখোয়স্সু শিগদবা ঙাকনি, অহান অকোনগী ব্রাতনি।"

"ওম্মোকপনি, ইন্দোমচাগা লোয়ননা ঐস্সু শিখিরমদবা করিগীনো?"

"হায়হৈদে, হায়হৈদে নং শিরবদি কনানা নচা ?পাবু হোৎন-বিগনি।" চ?ীনে, ইমোমচাদো পাউ অমত্তস্সু তাকপিথিদে, মাদি খংদবনা নীংঙায়দনা লৈরমগনি।" বিন্দিয়া কপ্পা তোক্কুনা

তপ্না খন্থরকই । অদুবু রাখল লম্মাংনবগুমই । মতেক মতেক জ্ঞান মাংই ।

তুইলাকাইদগী থীংকীবু চৎপদনী । বিন্দিয়াম্না মন্দোমচাম্না পৎহনদা হন্দোকলমই । চীং লম্বী অদু শাথিনা মম্লমই । মতমম্না সুংদাংগী পুং নিপাল মাপল রোম তাশিল্লক্লে । নোংম্না অয়েপ্পা লৈতনা চুশিল্লকই । য়োগদোরে য়োশিল্লসি হায়দুনা গাড়ী অদু থোরকই । অদুবু লম্বীদা ত্রক মপোৎনা পীক থনবা অমা কৈহৎনা লৈরমলে । বিন্দিয়াদি মদু উবদা খাই লাউই, শুরবা চীং লম্বী অসিদবু করম্না লৈরমলিবনো ? নীংশিংলকখি, সিনেমাদা ফত্তবশিংনা অমুম্না তোরগা লুটপাতনচিংবা কয়া তৌই । মফম অসিদম্না মপীশিং অসি থনমলগা চৎপ্রো হায়রবদি নুতনকুমারনা মখোয়বু থনমলগা মশা কল্লবগীদমক চংখিগদ্রা ? মনবদগী হেন্দোক্লুনা রাহে অসিমক মন্দোমচাদা হায়রকই । মন্দোমচানা চৈরকখি— "নংগীদমক অমুক হোৎনরিবা মুপা অসিবু নংনা ওন্থোক ওন্থোকপা ঙাক্তা হায় ।" অওইবমক্লি ! হেডক্লার্কনা চেৎতুনা হংলুবদা খংখি ত্রক অদুবু শঙবা লেবর অনিথক লৈরমই । মীকাদারগী গাড়ীনি, গোলায় থেকপদা চাকা নামা পুথরক্রে । নোংঙাল্লবদি উপায় লৈত্রে

মখোয়গী গাড়ী হনবদা তারে । অদুবু মমায় লৈফম লৈতবনা ম নং হগা ইন্দুনা পুবা তাই ড্রাইভর, হেডক্লার্ক, পিয়ন অমসুং ইঞ্জিনিয়ার নুতন মশামক গাড়ী অদু [illegible]কই । খংনা হন্দোক্লগা খুল অমা থেংনরে । ময়াম অমুম [illegible]মাংনা [illegible]

রাতনী ! মালতীনা শিন্দুনা তমুবী শশীকান্তদা চেন্নে। লৈকায়না ঙাংনৈ —

"চুমদ্রেদো, অনি অসি ফিভম অমা তৌই, নোংমদি অশুম্বা থোক্লক্কনি হায়বদো।" অমনা খুমই— 'মশক মত্তৌ হায়র' রা ত্রবা লৈশাবী অচৌবা অমা হৌদোং মমাংদা ঙানোম্ন থম্নগুম থম্লগা কনানবু লৈগ্নোইদৌরিবনো ? "নুপী অমনা মরন্নাই ওইনা হেক শাওরতুনা হায়রকই— "মাগী তম্বী হায়বীসি তৌ" ঙম্মল্লি, মচে অসিনা মাম্ব কয়া লুনা নুংশিনা তৌরিবা অতুগা মামক্লা হেক মচেগী মকাদা য়েংপদি হাকমল্লি।"

"নুপীনা মচিন মনাও নুংশিনবা হায়বসি কৈস্নু ওইরমদ্রেদা নুপা নুংশিবগী মফমদদি মচে নুংশিবকা কাউখ্রেনকো।"

"মালতীন্থবু য়েংবা য়াদ্রে হায়নৈনে, চাদ-থক্তবনা মশক অতু য়েংবা য়াদ্রে হায়নে।" "কনানবু নুংঙাইগদগেনে" খুম্লকই অমনা শোম্থাংননা। অশুম্না মখল মথেল থোক্লা ঙাংনৈ। মালতীনা শশীকান্ত অমস্নুং তমুবী হুমনি শুবদা লৌশিল্লুরে। চাউনা শিন্দুনা মনাওনুপীবু লুহোংলে। মতম অদু শশীকান্ত মোরেদা পোষ্টিং লৈবা মতমনি। মখোয় পুন্না মোরেদা খরা লৈ মমুমদা খরা লৈ অশুম্না লৈরকই।

তমুবীনা চ·নিংই হায়বদগী নোংমা মখোয় ত্রক্ষাদা কোয়বা চৎলমই মতম অতু নুংশা য়াম্না শাই। ত্রহ্মা বোরডর হেক লানশিল্লকপদা উরি উপালগী মশক মওং হোংলিবদুস্নু অঙকপনি। কালেন্নাদগী শশীকান্তগী মরুপ অমনা মাগীদা চৎলুসি হায়না

কৌশিন্দুনা চংলুই । মখোয়গী য়ুমশা কৈশাগা মনিপুরগী চুড়া-চান্দপুরগী ত্রাইবেলশিংগীগা য়াম্না মান্নে। উপাক্লা ফোপ হারগা উপাক্লা ফক্লাং খাহ্না শাবা য়ুমশানি । মখোয়না চংখিবদা মরূপ অহ্নগী নুপীহ্ বেঞ্চ অমদা ফমহ্নুনা কাংচুপ থক্কুনা লৈরমই । মখোয়না হেক চংখিবদা ঙকচান্নুনা য়েংলকই। মাগী নুপানা হায়বদগী অকোনবদা মখোয়গী মরোমা কৌশিলকই মখোয় ফমলে । মী লাকপগী হৌনবী চা পুথোক্লকুই মগ পন্না অনি চনবা এনামেলগী অমমমদা চা অঙাংবা থম্না থন্না হাপ্লহ্নুনা পুথোক্লকই প্লেট অচৌবা অমদা চিনি অঙৌবা তোংতক তৌনা থম্না হাপ্লগা চামচ মরি মঙা থিংজিল্লহ্নুনা পুথোকললকই। অহ্নগা নুপী অহ্না ব্রহ্মীজ লোন্দা হায়রকই—

"নখোয় মৈতৈদি চিনি চাবনি চাও"

নুপীশিং অহ্ তঙক তঙক য়েংহ্নুনা লৈ। শশীকান্তনা নোক্ল-হ্নুনা থাগৎপা ফোংদোক্লকই। অইংবা চা অ.দা চিনি হাপ্নুনস্থ থকপা য়াবগী মওংদি তাদ্রে। "চংলসি" হায়দুনা থোক্লক্লে। বুদ্ধদেবগী লাইশঙ য়েংলুসি হায়নরে। লাইশঙ অহ্ য়োগদবা ফার্ল্লং অমরোম রাৎলিঙৈদগী লাইশঙগী হৈনম লৈনম ধুপকী মনম নম্বা হৌরক্লে অচৌবা মাঙুব অমগী মওংদা শাবা লাইশঙনি । মহ্নস্ উপাক্লা ফোপ হাই, জিজ্ঘ অঙাংবনা কুপই। খ্বাংধুক রাংনা উপাক্লা ফক্লাং খাই। বিন্দিয়ানা খুদোনবী থিল্ল-ঙুনা ঙক্লা হংলকই—"ববা অসিবু কব্লিনো" ময়াম অহ্ অমত্তা ওইনা মায়েক অদোমদা য়েংনরকই। খুর খুদক শৌনা লেপ্লিবা মী

অহুমগী মথক্তা মী অনিনা লেপই অনি অহুগী মথক্তা মী অমনা মংেংবান নাম-নামদা মখোং থমহুনা লেপই। লেপ্নগা অৱাংবদগী ফি অঙৌবা জোন জোন শেংপা মকোই অঙৌবা থবাক্ য়োৌনা চোম্বা, লেংপাক য়োৌনা মশম শাংবা, মশম অহুম্বু ইঙৌ ঙৌবা, ঈংনা চিং লেম্লবা মুপা অমগী মথুত্তা চৈ মতোন্দা লং কিরগা য়াম্থক্লিবা হৈতুপ অহু হেক্কদবগী পায়রি। হেক্কদৌরিবা মুপা অসি পাপ য়াওদ্রবনি হায়না মখোয়না লৌনৈ। লৈমায়দা অকোয়-বদা কনানা মখা চিক্তুনা কনানা মরাইবক্তা মখুৎ হাপ্তুনা কনানা মখাং মেত্তুনা মথক্কী অহুবু পামজনা য়েংনরি। শশীকান্ত না হায়রকই – "মখাদা লৈরিবশিং অসিনা পাপ চেনবা ঙাক্তনি, মথক্কী অসিনা ধর্ম্ম চেনবনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মীওইবনি হায়রিবনি।"

মখোয় জিপ্তুগী কুমথরে। লাইশঙগী ফক্লাং শীংখোংগী অকোয়বদ লৈনা খ্বাং য়োৌনিং য়োৌমাং তৌনা পৈরি। বুদ্ধদেবগী মূর্ত্তিনা পরেং শানা মশীং থীঙমদনা লৈ। মন্দিরগী সিংহাসন মথক্তুনা চাউরবা বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তি অহুম লৈ। ময়াই থংবা মুর্ত্তি অহু সনাগীনি পিথাইগীনি পংহায় হায়নৈ। মন্দিরগী য়েৎলোম-থংবদা ফুরা মচা অমা অনি লৈ। মহুদস্তু ফুরা মথক্তা মনুংদা বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তি ঙাক্তা। বিন্দিয়ানা হংলকই—"ববা, বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তি অশুক য়াম্না লৈরিবসিবু কহিগীনো?"

"মখোয়গী চ নবীদা বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তি মচা অমগা লোয়ননা হৈ-লৈ, অখুম অহাও কৎপসি দযা লাংফম কোকই হায়না লৌনৈ।

অদুনা কৎনরকপদা অশুক য়াম্লিবনি। "শশীকান্তনা খুম্লকই। 'মখোয়গী ম ংদা লৈরিবা বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তি অহুম অসিদি চাউখ্রেদা মালতীনা হায়রকই !

"পৃথিবীগী মনুংদা ব্রহ্মাগী, বুদ্ধদেবগী লাইশঙশিং অমস্তুং মুর্ত্তি মমিং চ লিবনি।" শশীকান্তনা হায়রকই।

মখোয় লাইশঙ য়েংবা লোয়রদুনা হল্লক্লে। তুমু বাজারদা চা অহাওবা অমতুংদি থকসি হায়দুনা মরবাগী হোটেল অমদা চংলে। মদুস্তু ষঙ্গোম য়াওই হায়বদু মঙাই, চিনি নমদবা চা হায়বদু অদুম্মক ওই। বিন্দিয়ানা মপাদা হায়রকই— 'ববা. চৎলসিদা য়াম্না ৱারে।"

## ৪ শুবা

## "রেলগী করপাশন"

শশীকান্তনা **Leave travel consession** লোইদুনা চৎপা মতম অদু বিন্দিয়াগী চহি তরানিপালমুক শুবা মতমদনি। সুরেসকীনা চহি নিপালমুক শুরম্লগনি। কলকতা মনিপুর হাউসকী হেডক্লার্কনা ট্রেন ফাষ্ট' ক্লাসকী রিজার্ভ লৌবদু নুমিদাং পুং ৬ তগী তোংগদবনি হায়দুনা মনিপুর হাউসকী গার্ডীনা হাওরা ষ্টেশন ফাওবা থিল্লে। পুং তারমদাইদা রিজার্ভকী মিং থেৎপা মতমদদি মখোয়গী মমিং য়াউদ্রে। অমুক্কী পুং ৬তনি অমুক হায়রদুনা হন্দোক হঞ্জিন কান্নদ্রে খন্নদুনা নুমিদাং অদু ষ্টেশন্দা অদুম্মক লেনবা তারে। অমুকী পুং ৬ নংনবা হেডক্লার্কনা লাকুনা

অমুক শিল-লাংলরে। অমুক অঃদসু অহুম্মক য়াউদ্রে। হেড-ক্লার্কনা অমুত্তুদসু রেলগী এসিস্টেন্ট অঃদা লুপা ৫০ পীরদুনা। রেটিং অম ৬ঃ কেঃ ওইহমবা শিম্নরকুনা ত্রেনদা থাগৎলকে। চরাং চরাং তৌবমুদা শেল হেক্লোক হেঞ্জিনগী হিসাব পান্নবা নংদ্রে। অসু বিশ্নিয়ানদি তোয়না হায় -

"ববা লুপা ২০০ হেনজিলহৌরিবহৃদি ?" তম্বীনা খুম্মকই— "অঃনিদনা মখোয়গী হেডক্লার্ক অদুনা থরাই অদুক য়াওরিবদি।" ত্রেন থারে! ফাষ্ট ক্লাসকী ফম্লাং ময়াদা ঙা-বোই ফমবোই সিট হাংবা ঙাই.না চৎলে। বিশ্নিয়ানা শাওনিংনা হংলকই—

"ববা নংগু টিকেট ককুপা হৈত্রাও ?" "করিগী হৈতনি, লেমলিবনি হায়না ৈলরিৈঙদা শোয়রিবনি, অরেম্বদা লুপা ২০০সু তিংবা "মপানা শোম্বাংননা খুমলকই। "লুপা ২০০ বক্সিস পীরিবা ?" বিশ্নিয়ানা হংলকই। মপানা খুমলকই— "অদুদা তারেদনা, লুপা ৫০ দি রেলগী এসিস্টেন্টতা পীখিবা ঙই।"

"পংমনখ্রে ববা, লম চৎলবদি নশানা তৌবা তম্বগু ফৈদা, নখোয়গী মনিপুর হাউসকী মীশিং অদুগ বক্সিস নত্রবদি ওফিসারশিংগু কৌবা যাওবা কৌবিদে "

বিশ্নিয়ানা শাওনিংনা হায়রকই। ঙাইহাক লৈরগা রেলগী এসিস্টেন্ট অঃ লাক্কুনা ফাষ্ট ক্লাস রুম অমা হাংলে হায়রকুনা মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলে। শশীকান্তনা লৌবদি রুম পুম্বা রিজার্ভনি অদুবু মথক থংবা সিটতা পঞ্জাবী অনিথক তোংলিবদুদি কুমথরকউ য়াদ্রে। লম্বীদা টিকেট চেক্করনা পুলিসকা লোয়ননা

তাল্লবদস্থ থোৱকউ য়াত্রে মথোয়গী মরক্তগী অমনা পুলিসকা চংমিন্নখি হল্লকপদগীদি এসিষ্টেন্ট অহুনা তানবা থো:পা তৌরম্রে। শশীকান্তনা ঐখোয়দি ফুল রিজার্ভনি হায়রবদস্থ এসিষ্টেন্ট অ.না "ঙাইখো, ঙাইখো" হায়রম্লগা অহুম্নক চংখি। অসানসোল চংবা হৌরক্লবদা এসিস্তেন্ট অহু লাক্কুনা হায়রে—"নখোয়দি রেটিংনি হৌজিক্কি সিট অসিবু হান্নদগী রিজার্ভ তৌ:কপা মী অহু লাক্লে, নখোয় চংথে।ক্লো" হায়রমলগা চংখি। অমুক: চংলক্কুনা হায়রে, "নখোয় চংথোকত্রবদি কৈদোরে, চংথোক্লো "বিন্দিয়ানা হংলকই— "করিনোনে ববা মানা হায়রিসিবো ?" "ঐখোয়বু রেটিংনি চং-থোকলে। মপু লাক্লে হায়রিবনি" বিন্দিয়ানা এসিষ্টেন্ট অহুদা ওনশিন্দুনা হিন্দিনা হংলকই—

নংনা ষ্টেশন অচৌবস্থ নত্তবা মফম অসিদা ঐখোয়বু লৈহৌরো হায়রিবা করিগীনো। নখোয়দি রেটিংনি, মপু লাক্লনি করিমত্তা নুংশা থীরুনু ঐনা চে অমা ইহুনা পীরমগনি, মহু উৎলগা মথংগী ত্রেনদা তোংলকউ।

"নংনা ওইবা য়াদবা ব্রা ঙাংলিবা করিগীনো, নারক মোংশোং মরক অসিদা ঐখোয় নুপী অঙাংনা করম্না লৈহৌগ-দৌরিবনো, স্তেশন মচাদদি ত্রেনস্থ তপথবদনি থামদে, করম্না নংগী চে উৎলগা কনানা য়েংবিগনি, নংনা দায়ীত্ব লৌবা ঙম-লোয়দোবা ওইরবদি ঐখোয়বু করিগী পুরক্নি ?

"থায়দা ঙাংলমু তানিংদে চৎলো।"

এসিষ্টেন্টনা শশীকান্তদা ওনশিল্লহুনা হায়রকই— অঙাংগা

ঙাংনবা পামদে, নংগা ঙাংনসি।" শশীকান্তনা খুমলকই—"ঐ হিন্দিদা ঙাংবা হৈতে।" এসিষ্টেন্ট অহ্ শাওরদুনা বেডিংনচিংবহ্ র মগী মপান্দা চিংথোকলক্লে অঙগা হায়রকই—"থোক্লো থোক্লো"

বিন্দিয়া শাওনা ফুক হৌগংলগা এসিষ্টেন্ট অদুগী মখুদাং তাপ পায়গা হায়রকই— 'Non e... লাউ নখোয়গী অসিদা ঙাংনবা য়াবা কনা য়াওরি' মাগা ঙাংনগে লাও ঐখোয়গী পৈশাদি পৈশা নত্রা করিগী নংনা অশুম্না করেম্নরি নুপা অসি পুলিস ইন্সপেক্টরনি হায়বা খংদ্রা ? নংনা উশিন্তবা য়াত্রা ? হায়রদুনা এসিষ্টেন্ট অদুগী মখুদাং পায়দুনা লাক্নুনা চিংলক্লে। এসিষ্টেন্ট অমনা খাঙলদুনা হায়রকই—"থেরো থেরো মেদাম" বিন্দিয়ানা মখুং থাদোক্লে হায়রকই— 'শক্তাথিসিদি !" এসিষ্টেন্টনা শশী-কান্তবু কৌথোক্লগা হায়রকই—

'স্যার লুপা ৫০ পীয়ু. ঐ য়ানবা তৌগে।"

শশীকান্তনা মচানুপীদা হায়রকই—' লুপা ৫০ পীয়ু হায়নে ইবেম্মা" বিন্দিয়ানা নুপা অদুদা হায়রকই— ঙসাইনা অরুয়া হেক হায়রবদি কৈদোই লুপা ৫০ অহ্ পুদুনা চংখিবদগীদি এসি-ষ্টেন্ট অহ্ অমক হন্না ও লখিদ্রে।

নুমিৎ হুমনিশুবগী নুমিদাং পুং ৮ মুক তাবদা দিল্লিগী রেলবে ষ্টেশন্দা থুংলরে। মতম অহ্ দিল্লিগী মনিপুর হাউসনা তিন মুর্তি মার্গগী হাউস নম্বর ৯দা লৈরিঙৈগী মতমনি। মফম অদুদা নুমিৎ ৫নি লৈদুনা হরদ্বার, মথুরা, আগ্রা, ফটেপুর, শিক্রিপুরনচিংবা মফমদা চংলবা তুংদা বোম্বেদা চংলে। মফম

অদুদা নুমিৎ ছুমনি লৈবদ্ধ শশীকান্ত মশা কয়া ওমলক্লে। বোম্বেগী ভিক্টোরিয়া রেলবে স্টেশনদা নুমিদাংবাইদা লাক্লুনা গীতাঞ্জলী এক্সপ্রেসকী টিকেট কক্লে। মতু কলকত্তারোমদা হুন্নবগীদমক্নি। মোর্নিংগী পুং ৬তগী থাগদবনি। রেলবেগী রেষ্টুরেন্টতা অহিং অমা লৈনবা হায়নবদু এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন মাষ্টরনা অহানবদদি সিট ভেকেন্ট লৈত্রে হায়না কয়া য়াদ্রে। মমৈথংদা খরচ খরা তৌরবদি মানা মাগী মরুপকীদমক থম্বা রুম অমু পীগে হায়রে রুম অমদা লুপা ১৫০ পীগদবদু ২৫০দা পীরে। রুমদা হেক চংবদা এটেন্ডেন্ত নুপী অমমথক মোজা লোন্দুনা লৈরমই চং-লক্লুনা হায়রে—"সলাম সাহেব, থানে পিনেকে লিয়ে বক্সিসদেদো শশীকান্তনা লুপা ৫খক লৌথোক্লুনা পীরে, নুপী অদুনা মওক পৈরপ তৌনা হাইফেং শুগৎলদুনা মখুংনা মরাইবক্তা তপনা থেংলগা হায়রকই—

সাহেব হম তো তিন হৈ, য়ে পাঁচ রূপয়া কিয়া করেগা ?" শশীকান্তনা লুপা ১০ লৌথোক্লুনা পীরে অদুগা লুপা ৫ অমনা কা লৈদুনা পুরক্লবা হায়রকই। নুপী অদুনা হংলকই– গোফা-রালা পান ? শশীকান্তনা খুমলকই– "হাঁ হাঁ" নুপী অদু সলাম তৌরম্লগা পৈশা পুথুনা চংখ্রে। বিন্দিয়ানা হংলকই – 'ববা, গোফারালা পান হায়ববু করিনো ? "খুবী য়াওবা কা হায়বনি-দনা "শশীকান্তদা খুমলকই। নুপী অদু কা পুরক্লুনা পীরম্লগা চংখ্রে। নুমিদাং অদু রেষ্টুরেন্তকী কান্টিন্দা চারে।

কলকত্তাগী হাওরা ষ্টেশনদা থুংলবা মতমদা অবুকী পুং নিপাল

মখায় তারে। কলকতাদা চা থক্লবা মতুংদা ইম্ফালগীদমক প্লেন টিকেট কক্লুরে। মতুংস্থ অমুক্কী পুং মরিদগী পাইগদবনি। মখোয় দমদম এয়ারপোর্টকী এয়ার ওফিসতগী ফার্লং অমরোম চংলগা লৈবা এয়ার ক্বাটর নম্বর থ্রীদা অহিং অতুমা লৈবা তারে। রুম অমদা লুপা ৭৫ পীগুনা লৈরে। মকম অতু তান্না টেক্সিনা চংলে! মকম অতুগী চৌকিদার অমা য়াম্না থরাই য়াওনা থবক তৌই। মথংগী অমুক অহুদস্থ মানা রুম খুদিংগী থোং থিন্দূনা হৌদোকই। অমুক্কী চা থোরাং তৌই লোয়নননা রিক্সা এরেঞ্জ তৌই। রিক্সাগী সিট অতু মঙক্কা য়েংপোই ইনবোই তৌরিবা ফি অতুনা শৎ-শৎ তৈথোকই। তৈথোক তৈথোক্লা ড্রাইভরদা হায়রকই—"তপ্না তপ্না থৌ, সাহেব মেমসাহেবনি চংকদৌরিবসি। বিন্দিয়াহোইস্থ মফি মরোল শেৎপা লোয়রভুনা থোক্লক্লে। শশী-কান্তনা চৌকিদার অতুবু কৌশিন্দূনা চাগী পৈশা পীবগা লোয়ননা মাগীস্থ বক্সিস লুপা ১০ পীরে। স্যুটকেশ অতু চৌকিদারনা পায়র.না থোকলকলে রিক্সা ড্রাইভর অতুদা হন্না হন্না হায়রকই – "সিট-তু শেংনা হৈথোকউ, সাহেব মেমসাহেবকী শি মোংকনি. রিক্সা তপ্না থৌ হনজিন হনজিন হায়রবতুদা রিক্সা ড্রাইভর অমা শাওরকলে। "নংগী সাহেব ওইনিংলগা ওইজৌ, এখোয়গী থৌফম থোকপা থৌরগা লোইরে, ঙাংগনু তানিংদে।" করি? হায়ভুনা হোংচিন্দুনা ড্রাইভর অতুগী মখজাইদা খুপাক্লা থারুরে। মখোই অনি ফুনরক্লে। শশীকান্তস্থ বেঙ্গলীদা– "তৌননু তৌননু" হায়না হাওরকই। অমহগা ওইশিন্নে [illegible]

করনা রিক্সা থৌরো হায়খ্রবা হায়না তক্করে। চৌকিদার অদু—"সানানে মুঝকো মারা—" হায়না লাউ। লাউরদুনা চেনশিনখ্রগা থোঙলোন-চৈ অমা পুরদুনা চেনখোকলক্লে! ক্লাটর মাস্টরগা পিয়নগনা মথাংদা কোন্দুনা ফাবা হোৎনরি। শশীকান্তনা 'থৌরো থৌরো" হায়রুনা রিক্সা অনি অও ভাংনা ভাংনা থৌরক্লে।

অযুক্কী পুং ভরামাথোই মথাই তাবা মতমদা ইম্ফালগী তুলিহল এয়ারপোর্টতা থুংলরে।

## ৫ শুবা

# "করিগী খুৎশাগুনো"

মতম চাদনা শশীকান্তনা লৈখিদ্রবদা মালত্তী নুংঙাইতবনা চংনা ওইনা নাওনা মতম শাংনা লৈরকখি। হৌজিক ফংদা লেংদনা লৈরক্লে। শশীকান্তনা লোইশিল্লমদবা বিন্দিয়াবু থাজবগী রাফমদি লোইশিন্নখ্রে মমাবু লাইয়েংনবগীদমক্তা বিন্দিয়ানা ডাক্তর জীবন কৌহনখি। ডাক্তর লাক্লে, ডাক্তরবু উবদা মমানা হায়রকখি— "ইবুংঙো, ইমাগীসি ডাক্তর শুরে পৈশা থারগা চংখি, হিদাক ইরগা থনমই. লৈবই, অমত্তং কান্নফম খংদে ইমানা চংনা নাংকইবনি কুইরে ইপাৎ ফত্তবত্তা ইচানুপীনা ইবুংঙোবু অমুক্তং য়েংহনবি হায়দুনা কৌরম্বিবনিনে।

য়ানি য়ানি ইমা, অখংবমখৈ হায়রগা লোইবে, ব্লড প্রেসর অমুক্তা য়েংসি। হায়দুনা ব্লড প্রেসর য়েংনবা থৌরাং তৌরকই য়েংনা য়েংনা ডাক্তরনা হঙ্গংনা য়েংলুবদা মিং অনিথক্কা মিৎ

চান্নরে ডাক্তরগী থম্মোই নিকখি অতগা মিং অনিতদি খুদক্তা লৈথোকখি। ব্লড প্রেসর য়েংবা লোয়রহুনা স্টেথোসকোপ থাগনা মিগুন য়েংলকই ডাক্তরনা করিগুম্বা খরা পাম্বগুম কোইয়েং য়েংলকই। মনাক্তা লেপলিবীহুনা চে কলম লানশিল্লকই। ডাক্তরনা প্রেসক্রিপসন ইগা চে অহুবু কলমনা নন্দুনা থল্লগা হায়রকই—"ঐস্মু য়োজরগে, হিদাকশিং অসি চাহনা য়েংখিসি ইমা ফণ্ড-ফত্রগা মখা অমা তান্নবা হায়বহুনি।" হায়না হায়না বেগ অহু পায়হুনা হৌগৎলক্লে। বিন্দিয়ানা ভিজিট চার্জ লান শিল্লকই। ডাক্তরনা হায়রকই—"ঐদি লাইয়েংবস্মু চৎচদে ভিজিট লৌহুনা হিদাক ইবগী নিয়মস্মু লৈজদে" হায়রগনা নোকলকই। মিনোক অহুনা বিন্দিয়াগী থম্মোয় ফাওনা নিকহল্লখি। মুপা অসিগী মিনোক অয়ুক্কী মঙালগুম নিংথিজে বিন্দিয়াগী চাউ-থোকচরবা থম্মোইবু ইরায় লায়না মাইথীবা পীবগুমই। বিন্দি-য়ানা চঙকুনা লেপ্লগ উরগা ডাক্তরনা হায়রকই— "ইমাগী কংনবনীদমক্তি হৈজদবা ঐস্মু ঙম্লিবমখৈ মতেং পাংজগনি।"

বিন্দিয়ানা অহানবা ওইনা অমুক্তং বা ঙাংলকই—"অহুবু হন্দক্কী অসিদি অদোম্মা তেংবাংবিগে হায়না লাকপিবদি নত্তেদনা ঐনা কৌহনজবনি! হায়না নোকফেৎ তৌনা লুকথখি। মহুবু য়েংহুনা ডাক্তরনা মফম অহুদা কয়া কুইনা লেপখিবা ঐ হায়বা ঙমদে অহবু লৈথোকলুবদা ফমুংদগী অনাবী অহুগী মিংয়েং উবদা ডাক্তর বাংনা পাইখৎলুরগা খংতা তাবকপগুম জ্ঞান থংতা তাই। "চৎচরগে" হায়রম্লগা হন্না য়েংলমদনা থুনা য়াংনা থোকখ্রে।

বিন্দিয়ানা মিৎয়েং তাম্না য়েংহৌই। মমানা বিন্দিয়াবু চাগদবগুম য়েংলিবন্থ বিন্দিয়ানা খংখিদে।

থাজগ্রবী বিন্দিয়াবু মমানা অমুগুম্বা লমচৎ অদুদগী ঙমখে লৈতনা কিখি লোয়নননা ওইরক্কদৌরিবা ময়ানিপা অদুবুম্তু ইতৎ তত্তনা কৌহুনা অনাবা শংহনখি অদুবু বিন্দিয়াবু লুহোংবিবা নংদনা মমাদি লৈখিদ্রে। মঙ্গোমচানা মমা শক্লা নুংশিনা য়োকখি।

বিন্দিয়া মশা ঙমদ্রে হায়না কৌরদুনা ডাক্তব মফম অদুদা লাকখি। মঙ্গোমচা তমুবীনা তরাম তরাম কৌশিল্লকই—"ইংংঙো লেংশিল্লকউ।" খুদক অদুদা মফম অদুদা ফিদা অমত্তা লৈরম-দবনা ডাক্তরনা বিন্দিয়াগী ফমুং মচিদা ফমথনুনা অনাবা য়েংনবা থৌরাং তৌরকই। মঙ্গোমচানা চেয়ার অমা পুশিল্লকই। ডাক্তরন হায়রকই— "য়ারনি ইঙ্গোমচা অসিন্থ ফরে।" স্টেথোসকোপ পুথোক্লুনা মিঙ্গল য়েংলকই। য়েংনা য়েংনা হায়রকই—"কৈন্থ তৌরোইদা রাখল য়াম্না খনবননি চুমদ্রনে?" অনাবদা ওনশিল্লকই অনাবনা পাউখুম অমত্তা পিরক্তে মঙক লৈথোক্লুনা তুমিন্না লৈরমই। ডাক্তরনা চে কলম পুথোক্লুনা প্রেসক্রিপসন ইরমই. মদু পীহুনা মৌপাদা খুদক্তা লৈরনবা হায়রকই। মঙ্গোমচান চাকশঙদা চংখ্রে। ডাক্তরনা বিন্দিয়াগী থোং নৌংবা মখু অদু মাগী শক্তি লংবা খুবামনুংদা মিকুপ খরা থম্লগা তপ্না তপন থাদরগনা হায়রকই - "ঙসিদি করিমত্তা চাবিরুরন্নু, তুমিন্ন হিপ্তুনা পোকবিরো, করিন্থ কিনিঙাই লৈত্রেদা হয়েং হৎচিৎ অমুক ঐ লাক্কনি। "শোয়দনা লাকউকো" বিন্দিয়া মমি

উইশিন্দুনা তুমিন্না লৈখ্রে। পাউখুম অদুদা ডাক্তর রাহে অমত্তা হায়রক্তে হায়বদি য়াই অদুবু রাহে অদুনা মাগী থম্মোইগী বিদায় অমদগী বিদায় অমফাওবা নৈখাইবা হৌরকখি। ঙাইহাক তুমিন তুমিন্না লৈনরে। মতম অসিদা স্নুন্নেস চংলক্লুনা সাইদ টেবল মথক্তা হিদাক থম্না থম্না হায়রকই "ইচে নখোয়গী ইঞ্জিনিয়ারদু লাকহৌবনি।" হায়রম্লগা থোকখি। বিন্দিয়া পাউখুম পীদে। ডাক্তরনা বিন্দিয়াদা ওনশিন্দুনা হায়রকই— "ইঞ্জিনিয়ার হায়ববু কনানো?" বিন্দিয়ানা মদুগী পাউখুম পীদনা ডাক্তরগী মখুৎ অমা চেজেৎ পায়শিন্দুনা হায়রকই - "ঐ হকচাং কম্না ঙমদ্রে মসি ফত্রিমখৈদি চৎপিখিবা য়ারোই।" অসি হায়রগা বিন্দিয়া মমিৎ উইশিনখ্রে। মন্দোমচাগা লোয়ননা নুতনকুমার চংলক্লে। মখুৎ নামনা আনোক মখুৎ নামনা বেগ পায়রদুনা মী উশিত্তবা খোংথাংদা চংলকই।

"ডাক্তর অমনা ফত্রবদি অমা শিন্দুনা য়েংবা য়াদ্রনে?" হায়রকই ইঞ্জিনিয়ার। মন্দোমচানা তফিং তফিং খুম্লকই— "ইবুংঙো য়াম্না ফররুবনি হৌজিক্তি, হান্নদি অশুম্বকা তৌরম্বপোৎ নত্তে ঐখোয়গী ইবুংঙো ডাক্তরনা থরাই য়াউনা হোৎনবিবননি। ইবুংঙোগী লমন তোল্লবনি।

ডাক্তরনা মমাই নোনখৎলকপমক্তদা চয়াম্নরবা নোংশানা য়েংবা মিৎয়েংগুম ইঞ্জিনিয়ারনা মাবু য়েংলম্বদু উরে।

"অদুবু অশুক কুইনা অনাবা লৈহনবদি ফত্তে, হেক ফহনবা ঙমদ্রবদি অমা অমম্বু য়েংহনবা থৈদনা" হায়রকই ইঞ্জিনিয়ার।

খংহৌদনা খুদি কন্না থিজিনবদা নেশা চেনখিবা অতুগুম বিন্দি-য়াগী অনা মৈচাক পুম্মাং মাংখ্রে। মহাক তুমিন্না ডাক্তরগী মখুৎ থাদোক্লগা ফল্লাংলোমদা মমাই ওনশিন্দুনা হিপখ্রে ডাক্তর ইকাইবা ৱাহৈ কয়া তাহনস্থু পাউখুম অমতা পিবা তৌদে। মহাক তপ্পা হৌগৎলক্লে অহুগা মন্দোমচাদা তপ্পা হায়রকই— "ইন্দোমচা অকনবা লাইওংনা মীওইবগী থস্মোয়দা হায়বদি ইচম চম্বা মরমদস্থু মথুম মরাং হৌরকপা য়াই; বিন্দিয়াগী মরমদা ঐনা হায়রম্বা ৱাফমশিং অসি থাজবিদবা তৌবিগন্নু, ঐস্থু য়োঙ্গরগে।" "হায়রমলগা বেগ অহু নাকন্দা য়েপ্লহনা থুনা থোকখ্রে। মন্দোমচানা তারহনা থিন্দোক্লকই। চৎনা চৎনা হায়রকই— "ইবুংঙো খম্বল্লিবা হায়বত্তুনিনে; ঐখোয় ইবেম্মা মমানা-হায়ন-শীংনরম্বা নুপানিনে। ৱাহৈ অদুনা ডাক্তগী থস্মোই-দা মেংলবা তেনজৈ অমনা থস্মোয় থুম্না লেংলমলগা তপ্পা তপ্পা ফাউদোকখিবগুম্নমই মন্দোমচাস্থু লৈহৌরে, ডাক্তরনা মংত্রংদা চৎপগুম হাপোই হাপোইরবা মশা অহু পুংনা ডিস্পেন্সরী তম্না চংলকই।

ডিস্পেন্সরীদা চংদুনা চৌকিদা তুমিন্না ফমহনা লৈবহ কম্পাউণ্ডর অদুনা মুন্না মুন্না য়েংই ৱাদি হৌদোকপা ওমদে। ওাইহাক লৈরবা মতুংদা নুপামচা অমা চংলক্লে। ডাক্তরনা য়েং-লকই; স্থরেসনি। মখুত্তা অওাংবা মচুগী ইনভেলপ অমা পায়রগ্নহনা স্থরেস চংলকই।

"তামো; ইচেনা মসিবু পীরু হায়দুনা থারক্লিবনি" হায়রদুনা ইনভেলপ অদু পিশিল্লকই। ডাক্তরনা উরে ইনভেলপ অদুগী মনুংদা তরাচংপী খরা য়াওরি।

"ইবুংঙো থনম্লনু পুরো!"

"নত্তে ডাক্তর মসিগী পুদুনা চ লবদি ইচেনা ঐখু চংহল-লরোই।" ডাক্তরগী মমাই ইচপমুক ঙাংলক্লে অমুবু রাদি অমত্তা ঙাংলকে। অঙাং অদু কিরদুনা ইনভেলপ অদু পুরদুনা তপনা তপনা থোকখ্রে। লম্বীদা মহাক্না চংনা চংনা খল্লকই—"করিগী খুংশাওনো; পৈশা পীবদবু অশুক থীনা শাওবসিবো?"

সুরেসনা হল্লক্লুনা কাদা চংলকপা মতমদা বিন্দিয়া চেয়ারদা মকোক ঙাথদুনা ফমদুনা লৈরমই। মী লাকপগী শউম ফংদুনা য়েংথোক্লকপদা সুরেসপু উরে। সুরেসনা হায়রকই- "ইচে লোইহৌ হায়বা য়াদে. শাউদুম শাউরকই।" বিন্দিয়াগী মিৎয়েংদা নুংঙাইতবা অঙকপা করিমত্তা ফোংদোকে। অঙাং অদুনা মখুত্তা পায়রিবা ইনভেলব অদু থ া থম্না হায়রকই— 'করিগী খুংশাওনো অঙকপনি ইনভেলব পীশিল্লবতদা মমাই ইচপমুক ঙাংলকই।"

মসিগী পাউখুমদসু বি য়া রা ঙাংলকে, করিমত্তা হৈনিংবা ফোংদোক্লুনা মিৎয়েং ইতাউ তাউনা তরং মালংদা য়েংদুনা লৈ অঙাং অদুনা মপুক্লিংদা খল্লকই— "পুম্নমক বিন্দিয়ানা খংনা উনা মাবু থারিবনি।" ঙাইহাক পেন্দবগী মওংদা লেপ্তুনা লৈরম্লগা তপনা তপনা থোকখ্রে।

৬ শুবা

# "করিনুংগী পুন্নুনা লাকচরম্লবা"

"ইবুংঙো" নোক্লা নোক্লা কৌরম্লনা চংলকই। মতম অদু ডাক্তর অনাবা অমা য়েংবগী স্টেথোসকোপ মঙতা য়াল্লদুনা অনাবগী লায়নাগী হিস্টরী তাদুনা লৈরমই। থোক্লেল অদু তাবদা য়েংথোকলকই —

"ইন্দোমচা, লেংশিল্লকউ" তরাম তরাম কৌরকই।

করি থবক্তীনো ইন্দোমচা. উদবা কুইপ্লেদা স্বর মপী অমা হোন্দোক্লদুনা হায়রকই ডাক্তর।

"ইবুংঙো ইন্দোমচাগনে কোক অসি চিক্তুনতা লৈপ্লে. মিং অসিস্ব মশেল .মরাং তৌরে; অদু ইবুংঙোদা অমুক্তা হংনিংদুনা —"

"তান্নসি ইন্দোমচা. মরক মরক্তুস্ব লেংথোক্লকউ কৈদৌবগে. ইন্দোমচাহোইদি অচৌ অশাং শঙ্গ তৌবনিনা অচৌবা ডাক্তর কয়া কয়াস্থু মথেংনরমগনি অদুবু ঐগীসিদবু কোইথোকপা ওইনস্ব লেংথোক্লকউ" হাইফেং নোক্লদুনা। অমুকস্থু হায়রকই ইন্দোমচা. অঙাউবনা ফোঁশুবা চরা নোংখৈম্নে হায়নবদাইনে!"

হেরা, হেরা ইবুংঙো, ইন্দোমচাহোইদি ইবুংঙো নঙনা শুকথাবু থাজ-জবা লৈখিদ্রে।"

"অদু ইন্দোমচা লেংশিল্লু হায়বনি, থোইচৎনবা ইমুংগী মীনিনা ঈন্দোমচাস্থু অদুম মতৌরব্রাও? কংনোক নোক্লদুনা হায়রকই ডাক্তর।

"য়ারে য়ারে ইবুংঙো, 'সিদা কুইনা ফমন্থনা লৈথোক্লবস্থু ঐবু, বিন্দিয়াদো। সোরোক্তা লৈহৌইনে।"

"বিন্দিয়াস্থু য়াওরকপ্রা, করিগীনো চংলক্তিব্রদি ? চংলম্মোই হায়ব্রা ?" ঐখোয়দো ইবুংঙো, বিন্দিয়াগী মমান্নবী অমা লুহোং-বগী পোৎপাং থিল্লুবনি অদুদা ঐনা ঙাইহাক্তা ইবুংঙো উন্নরুগে হায়না চংলকপনি। "ঐ কৌশিল্লুগে।" ডাক্তর থোকখ্রে। রিক্সা মথক্তা বিন্দিয়া ফমন্থনা লৈরমই। রিক্সাগী হাইথরকপা থৌরি অদু উরু-রু লৈশিল্লগা শাহন্থনা লৈরমই। ডাক্তর থোক-লকই হায়বা মহাক্ খংহৌদ্রে। ডাক্তরনা কৌরকই—

"বিন্দিয়া!" ডাক্তরগী মচিন্দগী মশাগী মমিং তাবদা খংপ্রেক খংই মশা পুম্বা তনিক তনিকই। ডাক্তরনা হায়রকই—" চংলকখো; করিগীনো চংলকত্রিবসিবু চংনিংদবরা ?"

"য়ারে" তপ্না খুন্নকই বিন্দিয়ানা।

"ও, ঐগীসিদা চংবসিস্থু থিংথ্রবরা ?" নুংঙাইতবা খোন-থোক্তা হায়রকই— করিম চিংননিংঙাই লৈতেদা, দিস্পেন্সরী হায়বসিদি অনাবা খুদিংগী চংফমনি, হোয় ! অদোমগীদি ইঞ্জি-নিয়ার সাহেবকী ডাক্তর অহৈবা কয়া লৈবনিনা চঙড্রবস্থু য়াই, অদুবু ইন্দোমচাগী য়েংন্থনা চংবফাওবদি কায়দব্রা খল্লি। ডাক্তরগী রাঙাং অদুনা বিন্দিয়াগী থম্মোইবু কয়া য়াম্না শোকহনখিবগে খংলুবা তৌদে হৎনিংবম পোকলুদে। রাহৈ অদুমক্তা বিন্দিয়াগী থম্মোইদা মুররে। মহাক মপুক্লিং ফাথবা ঙমলবক্রে, মমিত্তা ইরা চেল্লক্লে। অদুবু ডাক্তরনা মন্থবু উখিব্রা উখিদব্রা হায়বা

ঙমদে। ডাক্তর চংখ্রে। মন্দোমচানা শোনজরকই - "য়াম্বিরোম্নে. ওন্থোক্লা ঙাংনবা শাথীংপোংনি।

ডাক্তরনা মন্দোমচাবু অনাবা য়েংবা হৌরকই।

"ইন্দোমচাগীসি হিদাক খং়া বাপ্গেগিসি. ঐ ইজগে।" হিদাক ইবা হৌরকই। ডাক্তরগী চাংলি ভাংলিবা মাইথোং অদু উবদা মন্দোমচাগী মপুক্লিং নাংহন্নরকই। বেগতগী পৈশা লৌ-থোক্লুনা টেবল মথক্তা থমই ডাক্তরনা মোং হাদবা খোন্থোক্লা হায়রকই— "ইন্দোমচা, ঐবু হনা হন্না লংনবিরন্নু; শেল অসি পায়শিনবিখো।"

মন্দোমচানা ত্তৌকম খংদনা মিৎয়েংদি ডাক্তরদা থম্লগা শেল অদু লৌশিল্লি। প্রেসক্রিপসন অদু পায়রহনা তপনা তপনা থোকখ্রে ডাক্তরনা স্টেথাসকোপ থমহনা টেবলদা মখুনিং শোরহনা তুমিন্না ফমলকই। মন্দোমচানা থোকখিবদা বিন্দিয়া রিক্সা মথক্তা মরু লুকথহনা লৈরমই। মন্দোমচানা চংশিল্লক্লুনা রিক্সা মনাক য়ৌরকপদা হঙ্গংনা য়েংখৎলকই। ঙাইহাক্কী মনুংদা মাইথোং অদু অশুক্কী মতিক থিনা ওল্লমই মন্দোমচানা নিংঙম-দনা খল্লকখি—"করিম্নুংগী পুহনা লাকচরল্লবা।"

মথংগী অয়ুক্তা ডাক্তর খংহৌদনা বিন্দিয়াগী কার্গী থোং-জিন্দা লেপ্পরে। মতম অদু বিন্দিয়া অয়ুক্কী চা থক্কদবগী চাকপ অমা পায়রদুনা চৌকিদা ফমথবতা মঙাইরি। মী লাকপগী শউম ফংহনা য়েংথোক্লকই। ডাক্তরবু উবদা ঙক্লা লেপখৎলকখি। ডাক্তরগী মাইথোং তাইফেৎ ত'ইরে মশম ইফা ফারে, চংলক্লুনা চৌকি অমদা হেক্তা ফমথররে।

"ঙরাং ঐগী দিস্পেন্সরীদা চংলকউ য়াখিদবগী মরম করিগীনো ?" বিক্সিয়ানা মঙ্গী পাউখ্রম পীদনা হায়রকই – ঐ চা লৌজরখিগে" হায়রমঙগা থোকখ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা চানবগা লেংয়ননা চা পুঙনা লাক্লে টেবল মথক্না থমলড়না হায়রকই 'চা থকপীয়্ "

ডাক্তরনা চা অঙ অমুক্তং চিংলগা হায়রকই 'ঐ ঙরাং অহিং চপ্পা তুম্বা য়াখিদে "

কনিগী শকচাং মংঙাইবিদবরা ?" বিক্সিয়ানা হংলকই

'হোয় মঙ্গা হায়বা কাই" হায়বগা নোক্তনা তপনা তপনা চাবা হৌরকই। ডাক্তরনা ময়াদা চামচ অম তপনা উমশিল্লগা য়েংখংলকই, বিক্সিয়ানা শকফম হঙ্গিন্দুনা মাব য়েংলম্বদগী শকফম খংহন হঙ্গিন্দুনা হায়রকই 'খরগা হাপ্পকখোরা, ইংবদি ইংলরিগনি "

ঐদি অইংব হৈনৈ থবক চিনবনা সুমিৎ থৃদিংগী অইংবা ঙাক্তা চায় হাইফেং নোক্নদনা ডা রনা থৃমলকই ডাক্তরনা অাকস্ব হায়রকই 'হৌজিক হায়রো ঐগী দিস্পেন্সরীদা চং নিংখিদবগী মরম করিগীনো ? বিক্সিয়ানা নোক্তুনা হায়রকই— 'নোংমা অঙাংদা ঐবু ইকাইবা পিরকখিবগী মরম করিগীনো ?

ওঃ মঙ্গদি ঐদি লৌরেরোই হায়ত্তনা য়ুমদগী চ লবনি, অদোম্না থিলহনবিরক্তুনা ঐবু ইকাইবা পীবিরবনি; ঐনা পীবা নৎচদে। "ঐঙোন্দা দান তৌ বা পাম্বীবগী ব্রানিমে" ? বিক্সিয়ানা নোক্তুনা হংলকই

দান তৌবা তৌদবগী রাফম নৎচদে, ঐগুম্বা লাইরবা অমনা অদোমদা দান তৌজনবগী শক্তিস্যু লৈজদে; অদুবু ঐনা ঙমজবা খরদং মতেং পাংজবদুদি মমল লৌজনিংদে অদুগী রাতনি ! অদুমক্লা মরম ওইদুনা ঐনা দিস্পেন্সরীদা চংলক্ক-বনি হায়রবদি ?

"ঐনা মদুনা নঙে হায়রবদি ?"

মরম খংলবদি হায়বিরোদনা? বিন্দিয়ানা নোক্লা নোক্লা হায়রকই। নুমিৎ অদুমক্তদা রা পুম্নমক খংজরে, ইঞ্জিয়ার সাহেবকী রাঙাং অমদি ইন্দোমচানা তাকপীবদগী অদোমগী থোইচৎনবগী মরমস্যু ভাব তাজরে। অদুবু শঙত্রবা মচুনা কোকপা রাবগুম কাউবা ঙমজদবগী রাতনি। হায়না হায়না হাইফেং নোক্লকই।

অমবু ওইরবস্যু অমবু ওইরবস্যু ঐবু অদোম্না ঙাকপীযু, অদোম্না নুংঙাইনা পানখিবনা ঐগীস্যু পেজবনি। রাহে অদুদা বিন্দিয়াগী মমিত্তা ইরা চেল্লক্লে অদুবু মমায় লৈথোকতুনা হিংনবা হোৎন-রকই। ডাক্তরনা অমুকং হায়রকই 'নুমিৎ অদুদা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী রাঙাং; নাপল ঐহাক তশেংনমক নুংঙাইরমদে। অদুবু ইন্দোমচানা থম্বনবননি হায়না খংহল্লি। মতমদুদা ঐগী নুং-ঙাইতবস্যু খংহেন হেঙ্গৎপগুম তৌই মদুগী মতুং নুমিৎ মঙানি তরানিদি মতম চুপ্পদা অদোম্বুদং থম্লমই। অদুগা অদোম্না নারি-ঙৈদা হায়খিবা রাহৈশিংদু নিংশিংদুনতা লৈ, খংদে মসিদু করম্বা তমথীবা লায়নানো? অনাবা থবাক্কী মিহুলদা অদোমগী

খোজেল ওইনা ভাই, ইনজেক্সনগী শিরিঞ্জদা হিদাক চিংলগা থাঙ্গৎতুনা য়েংবদা অদোমবু উই, অহিং মুংথিল অনিমক্তা অদোমগী রাতমক খন্দুনা লৈ। মসিবু করিননো?" বিন্দিয়া মমায় লৈথোক্তুনা য়েংলক্তে, রা অমত্তগী পাউখুম পীরক্তে অত্তবু মাগী মমিত্তগী অরেপ্পা লৈতনা মপি শিন্থরিবা অহুদি ডাক্তরগী কুপ্পবা মিৎয়েংদগী লোংপা ভমগ্রে। অত্তবু ডাক্তর মন্দোমচানা থাজগ্রে হায়বা তাবা নুমিত্তগী চেকশিনবা তম্নক্রবনি। মহাক তুমিন্না লৈগ্রে। ভাইহাক তুমিন্না লৈনরবা মতুংদা ডাক্তর রা অমত্তা ভাংলমদনা তুমিন্না হৌগৎতুনা থোকগ্রে। বিন্দিয়াস্তু রা অমত্তা ভাংদনা য়েংহনা লৈহৌখি।

## ৬ শুবা

## "হোসপিটালদা"

মন্দোমচাগী কর্ম্ম লোয়গ্রবা মতুংদগীদি বিন্দিয়া থাঙ্গেশেংনমক কন্না নারে। হোসপিটালগী স্পেসিয়েল রাড'কী তরু তরু থারবা ফমুং অমুদা বিন্দিয়া হিপ্পি। মায়থোং অহু ময়েং তারে, অহুবু অহুম্নক কন্নরি। লিংলিবা ফুরিৎ অত্তুম্ন হিগোম হিগোমলে। মৌপা স্নরেসকী নুপীনা মনাক্তা ফমহুনা মপি শিন্থ শিন্থনা মনম্নগী মথুৎ মোইরি। ডাক্তর জীবন নস' অনিগা জুনিয়র ডাক্তর অনিগা লোয়ননা চংলকই। নন্দিনী হৌগৎতুনা খরা থৈদোক্তুনা লেপই। ডাক্তরনা বিন্দিয়াগী মিহুল য়েংই অদুগা খরা হন্দোক্তুনা মহাং মেৎতুনা লেপ্পগা মূল্না য়েংই বিন্দিয়াদি

মঙ কন্না মঙলি —“ঙসিদি নুতনকুমার ওফিস থেংনা কুম্নকই। মমিৎ খুদিংগী ঙাইবগুম দোলানগী রেলিং পায়দুনা ঙসিস্ব ঙাইরি। থেংনক্লবদুদা শাউনা ফমুংদা চংশিন্দুনা হিপগ্রে! গাড়ী মখোল তারক্লে, বিন্দিয়া শাউশিন্নদুনা হিপুনা লৈ। মানা খনবদি নুতননা চংলক্কুনা মাবু থেমলগনি অসিনি। অদুবু নুতনদি লাক-পগা চেয়ারদা ফমদুনা মরন্নাই খোংউপ লৌথোকচদ্রনা ফুরিং লৌথোক্লবা কুদাম লৌথোকপা হৌরকই। বিন্দিয়া স্বর ফুয়না হোনবা হৌরক্লে। মতম অদুদা নেপালী সারভেন্ট চংলক্কুনা হংলকই —

“মেম সাহেব চা পুগদ্রা?”

বিন্দিয়াগী অশাওবা সারভেন্ট অদুদা হৈথরকুলে।

‘নংবু কনানা চা পুরকউ হায়?” লাউরকই।

“ঐখোয়গী স্যার চা থক্লোইদ্রা ?”

“নথৌ লৈতে, নং চংগ্লো অওৎ অপা শাগনু।” শাউরকই বিন্দিয়া। ফুক হৌগৎতুনা য়ুমগী ফগ্নাংদা নপুনা হাপ্পা উখুদগী কপ প্লেটশিং অদু অমমম পুথোক্কুনা লময়ায়দা থাদদুনা খুগাইবা হৌরক্লে। সারভেন্ট কিরদুনা চেন্থোকগ্রে। নুতনকুমার রা অমত্তা ঙাংদে ভুমিন্না য়েংদুনা অদুমক লৈ। ইখাম খামলক্লবা অদুদা রেডিও অদু তাপ পায়দুনা লংগে তৌরকই। নুতনকুমারনা চং শিল্লকদুনা তাপ ওল্লগা হায়রকই— “করিনো তৌরিবঃবো?” বিন্দিয়ানা কপ্পা কপ্পা লাউরদুনা হায়রকই —

“করিগীনো নংনা ওফিস থেংনা কুম্নকলগা ঐবু কৌদ্রিবা?

ঐনা করি লানখে ?”

নুতননা তপ্পা খুমলকই —“নংদি ঐবু করিগী ভাইরমদে, অহদা শাউহনা তৌবনিদনা !” ফুরিৎখাউদগী চোকলেট অমা পুথোকলহুনা হায়রকই – “সে, মসিস্ন শাউহনা চাররোইদবা নত্রাও !” নংনা থেংলকপগী মরম হায়দ্রিমথৈ চারোই।” মচিন পোমথোক্লহুনা হায়রকই ।

‘ভসিদো দিল্লিদগী মিনিষ্টর অমা থুংলগনি হায়হুনা থর থর-নৈনবদগী থেংদোকখিবনি। ফরেনে নংদি শাওহুনা অহুম লৈরগদবা নত্রাও ? ঐদি মিনিস্টির হেক চৎখিবগা বোম্বে চৎনবা প্রোগ্রাম লৈ, নংদি য়াউরোইদবা নত্রদো ?” হংলকই ।

য়াওনি —”

‘য়াওবা তারবদি পৈশা থৌরাং তৌজৌকো ।”

“ঐনা কৈদৌনা তৌদৌরিবা, ঐগী পৈশানা ইরম্নাই চৎচো হায়ব্রা ? নহানমুকস্ন দিল্লিদা চৎলগা ঐগী পৈশা ভাক্তা লোই-থোকই ।

“হল্লকলগা শিংবিবহুদি ?”

‘শিংবিবা নত্তনা হান্না পুথোকপদি য়াদ্রা ?”

মুতননা খুম্লকই — “য়াই”

‘মেম সাহেব চাক লোইরে হায়রে” কিনা কিনা হায়রকই নেপালী মচাহুনা বিন্দিয়ানা খুমলকই — “হোয়, হোয়, লাক্লগে”

মন্দোমচানা কপনা কপনা কৌরকই — “মেমা ! মেমা !”

বিন্দিয়া তপনা মমিৎ পাংথোকলকই। কোইয়েং য়েংলকই।

মন্দোমচানা মমিংতি পিনা থল্লগুনা নোক্লগুনা হায়রকই - "ইচা জ্ঞান ভারে, ইন্দোমচাদা হায়বু চা খিত্তং থকসিরা ? ইন্দোমচাদি নংগী নত্তৌ অদুদা জ্ঞানবু মাংলুরেদা, ইচাসিদি মুপীনবু অ.ক থম্মোয় পিকপা হৌনরা, ইন্দোমচা লৈরিসিদি ।"

ইন্দোমচা ইবুংঙো মচাদি ?"

"লৈ, লৈ অঙাং অসি মমিং মনাকা ইংক থকপ্পে ময়াম কপ্প লাউনবসিদা "

বিন্দিয়া মমিং উইশিনখি। মন্দোমচানা ফিংনা কৌরকই। 'মেমা, মেমা, অমুক হৌদৌররা হায়বনি নমিং পাংথোকউসে হায় স্মরেস লরাইদা ঈশিং খরা হাপ্পুনে।"

'ইন্দোমচা ঐ কৈ তৌদেদা" তপনা হায়রকই বিন্দিয়ানা অদুদি নমিং পাংথোকউসে, ননাউনুপানা ডাক্তর কৌখি লাক্লনি।

"ইনে ডাক্তর লাক্লে, ভুংথ-মাংথ চংলকই ।

ননাউ নুপানা ডাক্তর পুরক্লে।

"এঃ ইন্দোমচা " কৌরকই ডাক্তর ।

"হৈমা ঐখোয় ইবুংঙোনিনহে কদায়দা থেংনরুরিবনো তৌরিসিদি !" ঐখোয়গী লুনা তিল্লবা ইমাল্লবা অমগী ময়াম্বনি অদুদা হেক্কা কৌরুরবনি। 'তাখো লেংশিল্লকও' হায়রকই মনাও-নুপানা ।

বিন্দিয়া মমিং পাংথোক্লুনা য়েংলকই। মতম কুইনগী ভুংদা স্টৈথোসকোপ মঙক্তা য়াল্লগুনা বিন্দিয়াগী ফমাংদা লেপ্পরে ডাক্তর স্টৈথোসকোপ থাদুনা মিছল য়েংলকই । অদুবু ঙসিদি চময়রে।

স্টেথোসকোপতা অনাবগী মিহুলগী মহুক্তা থম্মোই অনিগী মিহুল পুন্না ফাওবগুম তৌরক্লে। মী চিকথরক্লবদা ডাক্তরনা তপ্পা হংলকই "বিন্দিয়া নং মমাংঙৈগী রাখলশিং অদু শুকনিং নিংশিংখিদ্রব্রা ?" বিন্দিয়া পাউখুম অমত্তা পিরকে তুমিন্না লৈথোক্তুনা লৈখি। ডাক্তরনা অমুকস্তু হায়রকই -" ঐগী রাখলনা হায়রিবদি নং মতম খরা কাউরুরবস্তু হৌজিক্তি নীংশিংলে হায় চুমব্রা ?" হায়না হায়না নোকলকই ডাক্তরময়া ইঙৌ ঙৌনা। মসি মিনোক অহুমক্লি বিন্দিয়াগী থম্মোইবু খুহুম চনখিবা। বিন্দিয়া মমায় থংলৈ লৈথোক্তুনা য়েংলকই। মতম অতুদা অঙাং অদু চেনশিল্লকতুনা কৌরকই – ' ইমা !" ডাক্তরনা তাপ ফাহুনা পমখংলগা হায়রকই – "বোই. কদাইদা চ'লুই ?" "আদা শান্নবা"

ইবুংঙো মচাসি মশা শায়নে, বোই, বাবা য়েংগেসে। স্টেথোসকোপ থাহুনা মিহুল য়েংলকই, মখুংনা মপুক পায়হুনা য়েংলকই— ' নং চাক চাব্রা ?"

চায় !

করি য়েঙ্গাং চায় ?

হঙ্গাম চায়, ঙা চায়।

নং হৌজিক্তি নারে, চাক চারুরনুকো।

উম চারোই –

জ্ঞান তারবগুম মঙক নোম্লহুনা খুম্লকই। ডাক্তরগী মঙক্তগী ষ্টেথোসকোপ লৌথোক্তুনা মশাগী মনাকোংদা হাপচিন্দুনা ডাক্তরগী মতৌ তমহুনা মথম্নতগী মপুক্তা থম্লহুনা মিহুল য়েংলকই

অঙাংনা। ডাক্তরনা নোক্লহনা হংলকই— 'বোই, নংবু ডাক্তর ওইগদ্রাও ?"

"ওইরোই"

"করি ওইনি"

"কৈন্ন ওইরোই, কার থৌনি, কার তোংনি।"

"ডাক্তর ওইরবস্ব কার তোংবা য়াইয়ে অঙাওবা !"

"উম কার তোংনি।" হায়রমলগা ডাক্তরগী মতম্বাক্তগী শিংথহনা কুমথগ্রগা মমাগী মনাক্তা চেনশিনখিহনা হিপল্লুরে। অঙাংসি ঙসিদি চাক পিজরুরম্নুকো, হিদাক থরম্ব ইরমগে। হায়রহনা প্রেসক্রিপসন ইরগা সাইদ টেবল মথক্তা থমলহনা হায়রকই— "অহুদি ঐস্ব চংলগে, বোই বাবা চংলগে, বাই বাই" অঙাং অহনা ফমুংদা উপ্রাক্তা হিপ্লহনা মঙক খিত্তং কাংখংলগা হায়রকই—" উম চংয়ো বাই বাই "মখুং মচা অম্ব হাইরকই।

'ঐবু হয়েংস্ব লাকউরাও ?'

"উম, য়াকউ।"

ডাক্তর হৌগংহুনা চংলগে হায়রমলগা চংগ্রে। অঙাং অহুনা মমাদা চেজেং কোনশিল্লহনা হংলকই— "ইমা ডাক্তর অসিবু ঐগী বাবারা ?" বিন্দিয়ানা ফিংনা খুমলকই— "হায়, হায়হৈদে, অসিদি ডাক্তরনি।"

"অসিদি ডাক্তনে" হায়রহনা তপনা হিপথখি।

মথংগী অয়ুক্তনি দিস্পেন্সরীদনি। ডাক্তর মখুং অনি লোন-শিন্দুনা টেবলদা খুনিং শৌহনা কমহনা লৈরমই।

"তামো !" ফিংনা কৌরকপা খোঞ্জেলনি। ডাক্তর খংপ্রেক খংই। "কৈদৌরে ?" ফিংনা হৌগৎলকই। বোইবু ফৈবম্না পম্লিবা বিন্দিয়াগী মনাওনুপাগা লোয়ননা উরকই বিন্দিয়াবুস্তু "ইবুংঙোসে হৌজিকরাইদা শান্নরম্বদগী কৈনোমা তৌগ্রে. পুদুনা হেক্তা চেঞ্জরক্লবনি। মাগী ফৈবম্না পম্লিবা অঙাং অম্বু লৌদুনা বেদতা হিপহল্লগা হিদাক কাপ্তুনা জ্ঞান তানবা হোৎনরকই ঙাইহাক্কী মতুংদা হন্থরক্লে তপনা মমিৎ পাংথোকলকই —। ডাক্তরনা কৌরকই···· "বোই"

অঙাংনা হংলকই - "নং ঐগী বাবাবা ?"

ডাক্তরনা অঙাংগী মথজাইদা ওম্না ওম্না চুপ্লগা নোক্লদুনা হায়রকই - "মানে,— বাবা কৌও" হায়না হায়না রেংথোকলুবদা উরকই - বিন্দিয়াগী লাউতক তৌরবা পিরাংনা চোৎলবা মিৎ অনি।

বিন্দিয়াগী মিংচিদা পি মরিক অমা অনি চেন্থরকই। ডাক্তরনা তপনা তৈথোকপিরদুনা কৌরকই— "বিন্দিয়া ! বিন্দিয়া !" বিন্দিয়া মমিৎ পাংথোকলকই। মমাংদা ডাক্তরবু উবদা খাম্বা ঙমদনা মপি শিন্থরকই। ডাক্তরনা মাগী বেদ মচিদা ফমথরদুনা তপনা হায়রকই— "করিগী কপ্লিবনো ?"

বিন্দিয়ানা ডাক্তরগী মখুৎ নামা পায়শিল্লদুনা হায়রকই - "নহাক ঐগী থবক অমত্তা মতেং পাংবিয়ু।"

ডাক্তরনা বিন্দিয়াগী মখুৎকা মশাগী মখুৎকা মখুৎ নামনা পুন্না পায়শিল্লদুনা ঙাইঙমদনা হংলকই—

"করিনো হায়য়ু!"

"ঐগী ইপ্‌ৱাক্ক কুইরে হল্লকখিদবা, ওফিসনা, ঐখোয় ইরম্মাইনা অমদি পুলিসনা থিবদা ফংবা কৌবা লৈখিদ্রে মাবু ফংনবা করি উপায় লৈবগে ?—অহুগা ইবুংঙোমচাদস্থু টেলিগ্রাম অমত্তা তৌবিয়ু থোকলক্লবা।"

পাউ অস্ত্র ঐস্ম তারে. ফরে ঐ থিগে. টেলিগ্রামস্ম তৌ-খিগে" হায়রমলগা বিন্দিয়াগী মখুৎ তপনা থাদোক্লমঃনা ডাক্তর চৎখ্রে। বিন্দিয়ানা য়েংহৌই।

## ৭ শুবা

## "আর্মী কোলোনিদা"

ডাক্তরনা চৎখিবা মাইকৈদগী লৈশিল্লক্লগা বিন্দিয়ানা ৱাখল দা তাউরকই। মথং মথং নিংশিংলকই। নোংমা অশাওবনা খুত্তম চনখিহুনা কমান্দেন্টকী মমাংদা লেপ্লুখি। নিক নিক লাউরবা য়ুগী গ্লাস অদু মচিনবান্দা থমলদুনা লুরাক্লবা মি'য়েংনা বিন্দিয়াদা য়েংলহুনা কমান্দেন্ট অহুনা হায়রকখি —

"অদোম করি পাম্বিবা, ডাইহাক লেংশিনবা য়াব্রা, লেং-শিল্লু হায়না হায়না গ্লাস অ, অমুক্তদা লোইশিনখ্রে। অহাংবা গ্লাস অদু মখুৎ খুবাম অনিনা চেৎনা পায়শিল্লহুনা অমুকস্থু হায়রকই— "অমস্বা নুমিদাং অসিদা ঐগী ইফমদগী করি পাম-দুনা লাক্লিবা?" গ্লাস অস্ত্র নাকলগী টেবলদা কোক্ লাওনা

থম্লদুনা হাইফেং নোক্লকই "খংদে ঐনা য়ুবু থং ত্রা, য়ুনা ঐবু থক্লিত্রা, ঐগী সংসারদি অমনি। নত্তে, অদোম করি হায়নিংবনো?

বিন্দিয়াবু খোংদগী তোন ফাওবা পুম্না অমুক্তং য়েংলকই ঙাংলবা মমিং অনিদুনা।

বিন্দিয়া লৈমায়দা য়ুংবা তেনজৈগী মত্তোৌগুম চপয়ুংনা লেপ-তুনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ য়ুথকপা অদুবু, বিন্দিয়াগী খোৌরবা ময়াক কন্নবা মিংয়েংগী মমাংদা চুম্না লৈবা ঙমদে য়ুথকপা অদুবু কুফেং কুফেং য়েংলকই বিন্দিয়াগী লৈহৌফবা লক্ফু পাম্বীগুম মিংয়েং থন্নবা ঙৌরবা কুচুনা মঙাল নাইবগুম উরবা খোৌশা-বিত্রবা শমলাং খরনা চুবাদা, লাইবক্তা চোইজাইনরিবা অশাওবনা ঙাংহল্লবা মাংথোং অদুবু।

বিন্দিয়ানা তপনা হায়রকই—

"স্তার, ঙসি নুমিদাংৱাইরম ফাখিবা নুপামচা অদুগীদমক লাকচরিবনি।"

"ঙসি নুমিদাংৱাইরম ফাবা? নুপামচা অদু নংগা করি থোৗক্লু?

'ঐগী ইপানি"

"নহাক মথন্তা পোকই, নমা নপা লৈত্রে হায়বা ঐ ফজনা খংই বিন্দিয়া।"

য়ু ঙাওবা অসিনা মাবু খংলম্মা, মাগী মচিন্দগী মশাগী মমিং তাবদা বিন্দিয়া ঙকপনা থেংগ্রে, অদুগা অদুক য়াম্না য়ু থক্লুবদম্লু ৱাখল চোয়দনা ঙাংবা ঙমই।

"নহাক্কী নন্দোমচাগী মচানিপা অমা লৈ মহাকপু অদোমগী নুতন সাহেবনা ট্রেনিং থারমই হায়বস্নু থংই। ঙসি ফাখি হায়বা অঙাংশু ইন্দোমচাগী মচানুপাহুরা? "ইন্দোমচানা মচাবু কন্নবা অদোমদা লাক্লুনা পাউ অসি পীরব্রা?" "নগ্তে স্যার. ঐগী ইন্দোমচাদি ইন্দোমচা নগ্তে ইমানি। ইন্দোমচা ঐখোয় অনিগী অমত্তা ঙায়জরবা অমগা মরালশু লৈজদ্রবা ইপ্বানি। ঐহাক পাউ হেক তাবগা খল্লবা নংদনা ইপ্বাবু ফুবিরগনি হায়না পাখৎ-তুনা চেল্লকখিবনি। ইন্দোমচানা ঐবু শিজিন্নহনা থারকখিবা নত্তে।"

"মহাক ঙসি করম্না ফারকখিবনো? মাগী ট্রেনিং নুতন সাহেব লৈতবদগী লোয়দনা তোকগ্রব্রা?"

তোক্তে, মহাকপু ইন্দোমচা ঐখোয় অনি চংল্লনা কন্না হোংনজরিবনি। মহাক ঙসি অগোইবা পরিক্ষা পীরম্লগা ইন্দোর-দগী থোক্লকপদা ঙায়রিবনি! চাক লোইরম্লো। অস্বায়ফাওবা চংলুখিগে হায়রমলগা থোকখিবদগী ফাঙ্গে হায়বা পাউ তারক খিবনি।"

'মরাল লৈত্রবদি ইন্টরোগেসন তৌরগা শোয়দনা থাদোক-লব্বনি ব্রারুন্নু, অদুগী ওইরবদি চৎলো।"

"মরাল লৈজদববু করিগী ফু-চৈদ্বনা ইন্টরোগেসন তৌবিগ দৌরিবনো, অদুগী মথক্তা ঐ ইথস্তনি লাকচবা ইপ্বাগা লোয়-ননা চৎচখিগে।"

"ধন বহাদুর!" থোঞ্জেল কল্লপ কৌরকই।

"য়েস স্যার !" চংলক্তুনা লেপ্লে রাইফলমেন অমা !

'চৎলু ঙসাই নুমিদাংরাইরম ফারকপা নুপামচা অ৴ পুরকউ।'

"স্যার, ইন্টরোগেসন চথদ্রি, স্যারগী ওড'র ঙাইজরি।"

'ইন্টরোগেসন দরকার লৈত্রে, থুনা পুরকউ।"

'ফনি স্যার" হায়দুনা সলাম তৌরম্লগা বিস্মিয়াদা হাইফেং য়েংলমলগা ধন বাহাদুর থুনা চৎখি

"চেয়ারগুদা লেংশিল্লো, ইপ্বাস্থ লাকলনি।"

"য়াজরে স্যার"

হাতকোরা চল্লবা স্থুরেস রাইফলমেন অহুম মরিনা কোয়শিনদুনা পুশিল্লকই। বিশ্মিয়াবু উবদা কপ্লি কপ্লি তৌরদুনা কৌরকই – "ইচে" বিশ্মিয়া খুন্নজে, মমিত্তি পিনা থল্লদুনা মৌপ্বার মুন্না য়েংলকই।

'ধন বহাদুর হাতকোরা অত্ত লৌথোকউ।"

হাতকোরা লৌথোকলে। স্থুরেস মচেগী মনাক্কা চংশিন্দুনা লেপলুরে। অদুকস্থ কৌরকই— "ইচে"

মরাল লৈরবগুম মরু লুকথদুনা লৈরকই। বিস্মিয়া মৌপ্বাবু চেজেং কোল্লদুনা কপ্লকই। কৌরকই - "স্থুরেস!"

বিস্মিয়া কমান্দেন্তলোমদা ওনশিনদুনা হায়রকই —

"স্যারগী লমন তোঞ্জরে, হৌজিক্কি ইচিল ইপ্বাবু চৎচখিনখা য়াথং পীনবীরো"

ফরে য়ৌরোনে, ধন বহাদুর মখোয়বু আর্মী কোলোনী বাংমা ফাওবদা থিজোকপিরুচো।

মখোয়না থোক্লকপা ঙাইহাক য়েংলমলগা কমান্দেন্ত অরাম চৌকি অতুদা ঙাথরগা হিপথখি ।

বিন্দিয়া নোংমতস্থ মতম চাদনা চৎথোক্তে অতুগা মনেম্নস্থ য়াম্না য়াজবীনি । মুমিং অতুগী মুমিদাং মন্দোমচানা থিল্লকপতু মহাক থরদি ঙকখি অতুবু হংন-খোৎনবদি তৌখিদে । মথংগী অয়ুক্তা মনেম অতু চখোকলুবদগী হজিল্লকপগা লময়াইদা ঙেক ফমথদুনা মখোং শিং তিংথোক্লুনা মচাবু কৌহুনা কপলকই । বিন্দিয়া অচোৎপা ফনেক অমা শেৎ নাকলদা সনাবুল য়েপ্লহুনা ইরুজবা কাব্রকই । মতৌতুদা ঙকই । চৎথোকলুবদা করি থেংন-রক্লুনা মপুক্লিং মুংশিন্দুনা কপ্লিবনো থল্লকই । ইমুংদা চৎখিহুনা সনাবুল অতু থমলুরগা হোংদোক্লবা অকংবা ফি অমা পায়রহুনা থোকলকই । মনেম্না ঙাংবা হৌরকই— "ইচা নৈখিদ্রে হায়দুনা অঙুক উশিন্তবা । নৈখিদ্রবা ইচাগী মমায় থিন্তস্থ য়েংদবা. ইমাই-পেমা নহা নংনবু আমী লৈকমদা নুমিদাং চৎলুবা, ঐদা শিজখ্রগে, ইমাই অসি উৎতুনা হিংবা ঙমজররোই । মমাশাবী মন্দোমচা মাইথাবীহুনা মচাদি নন্তবনিনা হেক য়োনবা ঙম্বনিনে ! ইস ! করি ইপাপ তৌরক্লুনা কাংবু অসিবু থেংনরবনোনে ।" হায়হ অতুদা বিন্দিয়া পাউখুম অমত্তা পীদে । মশা থক থক নিক্লুনা মমিং উইশিন্দুনা মথা চিক্লা পোলাংখোক মখোংদা ঙাথরকই ।

বিন্দিয়া মপুক লুবী ব্রায়াম ঙাঙ্গন্দবী মুপীনি । মহুদা পাউখুম পীরবনা মনেমবু থাজহনবা ঙম্লরোই হায়বতু নিংথিনা থংই । মনেমনা মথা তাংথরকই—

"অশুম্না লমচৎ নাইদবীগা লৈমিন্নজবা ঙমজরোই, নংনা চ'কে হায়রগা চৎখিগদবনি নক্রগা ঐ হৌজিকমক চৎখিগনি।

বিন্দিয়াগী মমিঙগী মপি মতুম অমা অনি ভারকখি। মতম অ দা পিক্লিবা মচা অদু শান্নরুবদগী চেনশিল্লক্লুনা মমাদা কোল্লহুনা হায়রকই—

"ইমা চাক লাপ্লে।"

বিন্দিয়ানা অঙাং অদু পমখৎতুনা লৈরকলোমদা তপ্না তপ্না থোক্লকখি। নুমিৎ অহুদগী মহাক মপামদা লৈবী হান্নবদু ওইখি। মীরা ঙাঙনবা সমাজনা বিন্দিয়াব নুমিদাংদা আর্মী কোলোনীদা চৎলি হায়দুনা মনেমনা ভান্থোকপিরক্লে হায়না চিবোন চিবোন ঙাংনখি।

## ৯ শুবা

নোংমা কহ্নাই পিয়ন্না তন্নখি—

চুরুটকী মৈখু শাংনা কামথোক্লহুনা কমান্দেন্তনা কৌরকখি—

"ধন বহাদুর!"

"স্যার!"

"কহ্নাই পিয়ন কৌরকউ।"

ধন বহাদুর থোকখি। তন্না ',ক হুগ্গিন্দ্রকতুনা হায়রে—

"স্যার, কহ্নাই পিয়ন লাক্লি।" হায়রমলগা থোকখি। কমান্দেন্তনা মাগী চৌকি অরৈবীদুদা ফম্লহুনা থোংনাউরোমদা

য়েংলকই। মনা পুংলবা উথম্বাল পাম্বীদা অশাংপা অপোম্বা উথম্বাললনা রেশম অশংবদা অভৌবা কোঙ্গোল থিনবগুম উরি নাগেশ্বর পাম্বীদা নাগেশ্বরনা থন্না শাংলি। চীংথ্রাও পাম্বী অহুম্ব মপালতনা পুময়োম য়োম্না শাংলি। শজিবুগী লোম্না লোম্না শিংপা মুংশিংনা লৈপালশিং অঙবু নোম-নোম তৌনা উহল্লি। ভৌরূনবা লৈচিল মতুম অমা অনিস্থ অতিয়াদা পাইরি। মথোয়শিং অঙগী মরক্তা কমান্দেন্টনা উরকপগুম তৌই, নোংমা অগাওবগী শক্লোল পুরবী বিদ্দিয়ানা মাগী মমাংদা লেপ্লখিবও তঙ্খাইদা চিংলিবা চুরূট অমা এস ত্রেদা থাদদনা লৈমায়দা থাদ-ল্পগা খোংউপনা খংনেং নেংশিংগা মুন্না য়েংনা লৈরকই। কঙ্গাই পিয়ন চংলকই।

"—গুডনুন স্যার"

কমান্দেন্টনা ওাইঙমদনা খুমলকই—

"য়েস, চেম্বারদুদা ফম্মু করিগীনো নংনা অশুক থেংলক্লি-বদি ?"

"স্যার, ঐগী অঙাং অমা ডাক্তরদা পুথংচরুরে। করিনো স্যার মৈখু য়ামনা শিজিন্নরমাল্লে।"

খর খরতা চিংলগা লৈমায়দা নেংথংতুনা তারিবা চুরূটশিং অহুবু য়েংলগনা হায়রকই। কমান্দেন্টনা শোর মপী অমা হোন-দোকপগা লোয়ননা খুমলকই—

উম, ঐ রাখল খনবা পামলে, হিদাক শিজিন্নবনদি রাখল খনবা মপুংফাবা ওমদে অহুনা মৈখু খরা হেন্না শিজিন্নরকপনি।

কঙ্গাইনা কম্যান্দেন্টকী মায়থোং তঙা য়েংলকই। কমান্দেন্টনা চুরুট অমা কন্না চিংলগা নোংথকা মমাই নোনখক-তুনা মৈখু অমু উরূ উরূ লৈনা কাখৎহল্লগা মুন্না য়েংঙনা লৈরকই।

কমান্দেন্তনা হংলকই— "তাদ বিন্দিয়াহুবু কমদৌগ্রবগে?"

কঙ্গাইনা থুনা খুমলকই— "ও ঙসিদি বিন্দিয়াহু ডাক্তরদা থেংনরমইনে

"করমনা অনা অয়েক য়াওত্রা?"

"অনাবগীদি নত্তে, মাগীদো মন্দোমচাগা মমা মচা মখোই অহুম লাকপদা লম্বীদা ডাক্তর জীবনহু স্কুটর এক্সিদেন্ট থোক-পগা থেংনরুহুনা মানা শিল-লাংহুনা পুখৎলকপা মাল্লি।"

"জীবন হায়বদি সলামগীহুরা?"

"অহোয়"

"কয়া থীনা শোকপা জাংনো?"

"মখোংদা ক্রেক্সন লৈরে হায়না কেজুয়েলটিগী ডাক্তরহুনা হায়।"

"মাগদি করি থোক্লে?"

"মহুদি খংজদ্রে স্যার, অহুবু ঐনা থেংনজরকপদি কেজু-য়েলটিগী ডাক্তরনা বিন্দিয়াদা করি থোক্লবগে হংবদা বিন্দিয়ানা জীবনগী মায়থোংদা অমুক্তং য়েংলমলগা ঐগী অমত্তা ঙাইজরবা ইবুংনি হায়না খুমই। মহু তাবদা ডাক্তর জীবন্না বিন্দিয়াগী মায়থোংদা খংয়েং য়েংখৎখি অহুগা মমিৎ হন্থখি। মতম অহুদা জীবনগী ইমুং মমুংগী মী লাক্লরে। বিন্দিয়াসু মফম অহুদগী

তুমিন্না অহুম থোকখ্রে । জীবন্না মপান্থোম অনিনা মরাইবক্তা থাঙৎলহুনা মমিং উইশিন্দুনা তুমিন্না হিগ্গুনা লৈরমই ! মতম অদুদা থোংজিল্লোমদগী বিশ্মিয়াগী মচা অমু তপ্লি তপ্লি চংলক্লুনা "ইমা" ! হায়না কৌরকই । জীবন্না মখুৎ খংহাই হাইদোক্লুনা য়েংলকই । অঙাং অমবু উবদা মশাগী অনাবা কাউথোকতুনা লোংনা হৌগৎলগা কৌরকই — "বোই"

অঙাং অদুনা চংশিল্লকতুনা জীবনগী মখুৎ লামদুনা পায়রগা হায়রকই ।

— "নং নারবরা ?"

জীবননা অঙাং অদু খংপম পমখৎলি । অঙাংনা জীবনগী মথবাক্তা মখুৎনা নম্লগা মশা অহু খরা হন্দোক্লগা জীবনগা মি·চান-হল্লহুনা হংলকই -

"নং নারবরা ?"

জীবননা অঙাং অদুবু মথবাক্তা চেৎনা কোনশিল্লহুনা হায়রকই -

— "নারে, বোই বাবা নারে ।"

অঙাংনা জীবনগী মরেংবান্দা মকোক ঙাথরহুনা লৈরকই । মতম অদুদা হোসপিটালগী এটেন্ডেন্ট চংলকই, হায়রকই -

"মপালদা মুপী অনিথক্লা অঙাং মাংগ্রে হায়না থিনহৌইনে ।"

"তাদ, থিনরিবা অঙাং অদু অসিনি অমুক্তা থিনবীরুচো ।"

অঙাংদা ওনশিন্দুনা হায়রকই - "বোই, নংবু থিনহৌরে হায়নহে চংলোকো !

এটেন্ডেন্টনা অঙাং অদুদা য়েংলহুনা হায়রকই -

"এঃ নংদি করম্না লিংশিনক্লিবা ?"

হায়না হায়না জীবনদগী অঙাং অদু লৌই ।

"নিংথিনা পুবিয়ু ।" জীবননা হায়রকই । এটেন্দেন্তনা অঙাং পুন্থনা চৎথ্রবদা কেজুয়েলটিগী ডাক্তরদুনা জীবন্দা হংলকই—

"তামো অঙাং অসিবু কনানোনে ?"

"হৌজিক ঐগী ইনাক্তা লৈরম্বী নুপী অ গী মচানি । লৈখিদ্রবা ইঞ্জিনিয়ার নুতনকুমারগী মচানি । পিক্লা ভুন্দোক-লম্বনা মপা মশক খংহৌদ্রবনি । ঐনা মখোয়গী ইমুংদা লায়-য়েংবা চংবা অমদি অঙাং অসিবুস্থ লায়য়েংবদা বাবা য়েংগেসে মরম ওকই ইচাদি কা হায়বহৃদা মাগী পিক্লবা নৌরবা রাখল অসিনা মাগী বাবারা হায়না খনবগুম তৌরমাল্লে উনবা খুদিংগী হংই —

"নং ঐগী বাবারা ? হায়না ।"

কেজুয়েলটিগী ডাক্তর অদুনা মরৌ লৈনা নোক্লদুনা লংনরকই—

"অদুদি হৌজিক্কী অমত্তা ভাইজরবা ইবুংনি হায়রম্বদু অমত্তা ভাইজবা ইচনগুম খনবা ভমলোইদৌরিনে ।"

ময়াম অদু রা গাউনা নোকখি ! জীবন্না নোক্লা নোক্লা হায়রকই ।

—"অদুগী রা নত্তেদা — ।"

ময়াম অদু অমুকস্থ হন্না নোকখি । অ.দগী এস্থ ওফিস ভাইহাক য়েৌরগে হায়দুনা সাইকল তোংদুনা লাক্লমই । লম্বীদা বিল্দিয়া মন্দোমচাগা মমা মচা মখোই অহম চৎলমই ঐনা

সাইকলদগী কুমথনা হংলকই -

"ইবেম্মা কমদৌরি ?"

বিন্দিয়াদি খুল্লক্কে ম:ন্দামচানা খুমলকই - "হিংনবা পংলেল লেল্লি তাদ ।"

ঐনা মখা শন্নথখি —"মীওইবগী দযা হায়বসি অশুম্মা হেক থোকল্লিনে। ইবেম্মা নপামদা হনগে তাবদা ঐখোয়গী কমা-ন্দেন্তসু ওন্থোক্লা নুংঙাইয়তনা শোনগে ।"

হন্নকমুক্তি বিশিয়া শাওনা খুল্লকই—

"করিগী নুংঙাইত্রিবা খুড়া ? মরাল লৈতবা কয়াবু অশুম্মা ওং-নৈবনা নখোয়গী নথৌ নত্রা ?"

ঐহাক ব্রাখল খন্থকম খংদে, খুন্থমসু খংদে মফম মরাং খংদনা হায়দোকখি —"

"ওন্থোকপনি, করিগী খুৎশাওনো ?"

## ১০ শুবা

# "নিংশীংলুবদা"

মাইথীরবা লান্মীগুম পিক্লিবা মচা অহ পন্নথনা বিন্দিয়া মপামদা হল্লকখি। মাবু উবদা মন্দোমচানা থন্মোয় শোক্লা কপখি ! নুমিৎ অহুদা নত্তে মতুং নুমিৎ কয়াদসু লোম্না লোম্না কপখি বিন্দিয়াগীদমক। মহ বিশিয়াগুম্বী অমনা খংদফম থোক্তো মতুংদা মনাউনুপানা লাক্লনা হায়রখি —

"ইতৈমা চৎসি, ইমোমচা অমম্বং ইতৈমা লৈবনা তামোবু কাউহনবা ঙম্বনি।"

মনেমনা কপ্তনা হায়রকখি "ইনেমগী হিবেম্মা, ইনেম লাল্লে." অহৎবু মনেমনা মাংজোননা অরানবা অদু খংহৌদবা করিগীনো ? অচুম্বা মশক খনবা হৈতবা নমথাক চাওবা সমাজবু করিগী অদুক থাজরুবনো ? হৌজিক্কী সমাজনা করম্বা মতমদা অচুম্বা হায়বগ চৎতুনা লাঞ্জদবা কনাবু মহৈ পিবীবা য়াউগ্রবগে ? বিন্দিয়ানা রাহৈ অমত্তম্থ হায়রক্তে. পাউখুম অমত্তম্থ পিরক্তে। মাইথীরবা অনি অদু হনখি নোংমা হনখিবগুম চুম্না লাহল্লবী বিন্দিয়ানা। বিন্দিয়াগী থম্মোই শোম্বরকই মিহুল লেপখিগদব-গুম তৌরকই নিংশীংলুবা খুদিংগী মন্দোমচাবু। অচুম অরান থিদনা মাগীদমক রাজখিবী মন্দোমচানি। বিন্দিয়ানগ মমা-দগী হেন্না নুংশিজৈ মন্দোমচাবু। মতম্পাক্তা চাউরকবীনি। মমানা পোকচবতনি মন্দোমচাতনা নাউকোল্লকপীনি কাউঙম-দবা কয়ানা বিন্দিয়াগী থম্মোই শোকহল্লি। ডাক্তরগী ফমুং অদুদা হিপ্না হিপ্না মঙ কয়া মঙলকই. কয়াম্থ নিংশিংই।

হে নিংশিংবা! নংনা মী কয়াগী বুদ্ধি লৌশিং ওইহল্লি, মী কয়াবু অরাবগী ঈপাক্তা ঈরাক্কহল্লি, কয়ামগী পুন্সিবু পিখম্নহল্লি।

মখোয়না ইন্তরনেসনেল সীসোর হোটেলদগী জুহু বীচ য়ৌবা মতম অদু নুংথিলগী পুং মরি মখায়রোম তাবা মতমনি। সুতনকুমারনা হংলকই—"শগোল গাড়ী তোংদুনা কোইনিংরা

নখোয়রবো ?"

মন্দোমচানা খুমলকই— "কোয়ন্দ্রবস্থ তোংন্থনা নুংঙাইত্রা য়েংসি। মুতননা শগোল গাড়ী অমা কৌদুনা মন্দোমচাগা বিন্দিয়াগা কাখ'লে, শগোল অদু কন্না চেন্থকলে। মন্দোমচানা লাউরকই—"ইমা, ইমা, তাহৌররনি।"

বিন্দিয়ানা হায়রকই— "তুমিন লৈয়ুবা ইন্দোমচা কৈস্থ তৌরোই।"

'ইমাইপেমা তারবদি শিনিনে, মহা চণ্ডাল নংবু তপনা থৌনে।" শগোল গাড়ী অদু থৌদোকলুরগা হনজিল্লক্লুনা হান্নগী মফমদা লেপ্পরে

"হৈমা নোইরবরাও ?"

"কুমথরকলো" বিন্দিয়ানা কুমথ কুমথনা হায়রকই। মন্দোম চাম্থ কুমথরকলে।

'চণ্ডালসিনা কন্না থৌমন্দুনা লৈখোম ঙাক্কা চোংলেনে ফিসে ফিজি অদু য়েংলনা মন্দোমচানা হায়রকই গাড়ীরালানা নোক্লনা "কৈস্থ তৌরোই লৈঙোয়নি, কহোক্লগা চংখিনি" হায়না মরাঠি লোন্দা হায়রকই।

মন্দোমচানা গাড়ীরালাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই —

"কৈনো ফিসে লৈখোম ঙাক্কা চোংলে হায়রগা মচিন থীরিবসিবো।"

গাড়ীরালানা নোক্লনা মশাগী ফিজি অদু কল্লদুনা অশুম্বা তৌ হায়না তাকলকই। মুতননা লুপা ১০ পুথোক্লুনা গাড়ী-

য়ালাদা পী । মন্দোমচানা হায়রকই —

"হাইগৎতুনা থৌরগা খংথা থাবগী লুপা ১০ ওইরে পাম্মুয়দা অরেম্বপী তোংলুরে ।"

কবোক য়োনবা নুপা অমা চংশিল্লক্লুনা চুজাক কবোক য়াইঙং তোংপা পেকেট অমা পুথোক্লুনা পী, মন্দোমচানা লৌশিল্লি। বিন্দিয়াদস্সু পীরকই। বিন্দিয়ানা লৌরোই হায়না মঙক হাইরকই মন্দোমচানা হায়রকই – "লৌশিল্লু কৈনো, লেম্না পীবু ।"

"লেম্না পীবা নত্তে" য়োল্লিবনি ।"

মন্দোমচানা ঙক্লা— "সিবো ? অহ্গা করিগী তুমিন্না হেক্তা পীরিবা ?" কবোক য়োনবদা ওনশিন্দুনা লাউরকই—

"চরোহৈ, চানিংদেসে পুজথো !" কবোক পেকেট অহ্ পী ।

"লৌশিল্লুরবদি চাহুনা ময়েংউ" নুতননা হায়রকই ।

"চানিংদেদা, এরোপ্লেন তোংবদস্সু পীবহ্দা শগোলগাড়ী তোংবগী পীবা ওইরবোই নিংলুরে।" নুতন নোক্লকই বিন্দিয়াস্সু । পালম এয়ারপোর্টতগী শাস্তক্রুস য়ৌনা পাইগদবা এয়ার বস প্লেন অহ্ নুমিদাংগী পুং ৭ তগী থায়, মন্থুংদা দিনর নিংথিজনা পী । মীট, ভেজিটেবল, ফিস অপাম অপাম্বা। মহুবু মন্দোম-চানা নিংশিংলকখি ।

"ঙাইহাক ফমহুনা য়েংখিসি হায়বরা ?" নুতননা হংলবই ।

"য়েংখিসি ।" বিন্দিয়ানা খুমলকই । মথোয় ফমথরে ।

মন্দোমচানা শাওরকই— ঙাইহাক্তা তুমিন্না ফমফম খংদে মথোয়গী অচাপোৎ য়োনবশিংসিনা, অমা থোকখি অমা চংলকই

ওন্থোক্লা শাওনিংগ্রে, দিল্লিদদি অসিগুম্বা অমত্তা লৈহৌদে মখোই 'স্বায়সিবু করিনো ?"

"ইন্দোমচা রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ডগী অহুদি কমদৌই ?"

বিন্দিয়ানা হংলকই।

"পামজদেদা ইবেম্মা, ইন্দোমচাবু হয়েং শিরগা মফমহুদা পুবিগনুকো, পুবিগে হায়রগা হরদ্বারদা পুবিনু। রাধাকুণ্ড শ্যাম কুণ্ড হায়না মমিংনা চৎচরিবা, মীনি হায়হুনা তৌরিবশিং অহুনা মোৎচরিবা, নিবনা কল্লিবা পামজদে পামজদে। হরদ্বারগী ঈংলবা গঙ্গাগী ঈচেল, তরু তরুরবা লাইখুরুম্বা লাক্লিবা মীশিং য়েংবদা পুক্লিংগা ইনৌ নৌই। লক্ষ্মীগী নাক-য়েৎকী হৈনম লৈনম্না নুংশিন্নিবা ইহে, নবদ্বীপকী বর-বজারদগী লৈরকপা ঐগী কোরিগী খুজাই অহুদি উত্রেনা ?"

'ঐগী স্যুইটকেশ মন্নুংদা য়াওরিদা ."

",খোংনাং মরাতনা কুপ্পবা অহুক চাওবা কৈথেল অমা খোংনাং মরা মখাদা কারিবহু ওক্লা ? খোংনাং অহুক পংরাং রাংদেনে মজাহুনা রাংনা কাখৎলগা পাক-শন্না মরা চৎতুনা মখাদা তুকান ফম্লিবশিং অমবু নোংজু নুংশাদগী ঙাক্লিবহু অঙকপনি ।"

"ওন্থোক্লা ঙাংগ্রে, ঐখোয় ইন্দোমচাসে" বিন্দিয়ানা হায়রকই। "অশুম নিংশিংলকইবা. তাজমহল হায়বহুনা কয়া ফজরিবা, নুংঙৌগী শিড়ি অমবু খুংনা পায়বদা তপ্ তপ্ নপ্পগুম তৌই, ওন্থোক্লা থোৎগ্রে হায়বনি ! আগ্রা ফোর্ট হায়বহুদা দলান মথক্তা লম্বী মাঙহুনা কুমথকম খংদহুনা কয়া রাগ্রবা অমদা কুম্মুই

মায়কৈ অমা তাই, অমদা কুম্মুই মায়কৈ অমা তাই কয়া রাক্লবা। মখোইগী লৈনুংগী জেল, শুয়ানবা থম্ফম নুপী ওক্তবী থম্ফম কাহ্নু হৌজিক ফাওবা অহুম্মক চেকশিল্লি হায়বনি। কৈথেল, ইরুজফম অহুম্মু ফজনা মত্তিক চানা লৈ। য়েংবগী লোইবা নাইদে ওহ্নোক্লা চংখোন্না শারমখ্রে পাঙল নিংথৌশিংসিনা শাংম্বসে।”

“দিল্লিগী লালকিল্লানা হেন্না তরু তরুদ্রনে?” বিন্দিয়ানা হংলকই।

“ফজে অহুবুদি, চাওবদি আগ্রা ফোর্টনা হেল্লি।”

“কলকতাগী ইন্দিয়া হোটেলদা থোংনাউদগী পাইশিল্লকপা ঙাক্কা নংগা তল মুন্নবদুদি নিংশিংলিব্রা? নোক্লা নোক্লা হংলকই বিন্দিয়ানা

“নিংশিংলি, করিনো মখোয়গী কাকুদি জাং অমনি হায়বনি” মন্দোমচাম্মু নোক্লা নোক্লা খুম্লকই।

অমুক্কী খোংচৎ অমদম্মু। কলকতাদগী বোম্বে য়ৌবা নুমিৎ ছুম্নিগী খোংচত্তা অয়ুক অঙনবদা বোম্বেগী সিমানা লানশিল্লক্লবা ত্রেন অমগী মনুংদনি। অরাপ্পদা সমুদ্রগী ঈশিংনা ঙৌরোক ঙৌনা জর জর কারগা জর জর হম্মহুনা হঙ্গৎ হন্দা শান্নবগুম তৌরিবহু য়েংলহুনা মন্দোমচানা হংলকখি—

—“অসিদি করিনো?”

কনামতনা খুমদ্রিঙৈদা মখোয়গী মনাক্তা ফম্বা নুমিৎ ছুম্নি অহু শুকতুম তুমদনা মাগী লিডর কেশ অদুতবু শঙহুনা লৈবা বেঙ্গলী অহল অহুনা খুমলকই—

"সমুদ্রকী খাড়ী হৈ।"

মন্দোমচানা হায়রকই—"কৈনোহে নংনা হায়রিবদি ঐদি খংদে।

বিশিয়ানা চৈহংলি—"কৈনো ইন্দোমচাসিবো।"

নোংমস্থনি। সুমিৎ অহু নুতনকুমারদি টেক্সি তোংদুনা চ সি হায়বনি। মন্দোমচানা লোকেল ত্রেন তোংনিংই হায়দুনা তোংলুবনি ভিক্টোরিয়া স্টেশনদগী বন্দ্র রেষ্ট অদুদগী দাদরদা কৈথেল য়েংবা অমগুং কানবগীদমক কুমগদৌরিবনি। মতম অদু পুং তরামথায়রোম তাররিগনি, মীনস্থ ক্রক ক্রক ইন্নবমথৈ চিলি দাদর ষ্টেশন য়োরে। বিশিয়ানা "ইন্দোমচা কুল্লো কুল্লো" হায়না হায়না কুমথরে। নুতনস্থ কুমথখে। নুপীগী দব্বা নুপাগী দব্বা তোঙান তোঙান তোংনবনি। মন্দোমচাদি কুস্বা নংদনা অদুগুমক য়াউরে। ত্রেন মনুংদুদা "খাম্মো, খাম্মো ঐ অমুক্তা কুমথহৌখিগে" হায়না পংলাওদা লাওরক্লে। তোংমিন্নরিবীশিং অদুনা "কিয়া হুরা, কিয়া হুরা?" হায়না ওক্লা হংনরক্লে।

মতৌদা নোকপস্থ য়াওরক্লে। "ইবেম্মা নংবু অমুক্তা খাম্মু হায়বিবু হায়বনি," কৈনোনে মখোয়গী ড্রাইভরসিবো।" তম্বী কপ্লিংলক্লে। 'কৎমনো বিশিয়াদি কুমহৌরে।"

চর্চ গেট য়োরে। ত্রেন লেপলে, মী পুম্নমক কুমথনরে। মন্দোমচাদি তৌফম খংদদুনা ফমদুনা লৈরে। নুপা অমথক চংলক্নুনা করিনো পংহং হংলরে। "মরোলস্থ খংদে করিনো মসিনা তৌরিবসিবো" তম্বী কপ্লি কপ্লি তৌরক্লে। নুপা অদুনা

মতুং ইল্লকউ হায়না ঈঙ্গিৎ তৌরহুনা ষ্টেশন মাস্টরগী মনাক্তা পুশিল্লকলে। মরোল খংনদ্রবনিনা উপায় লৈনদ্রে! মতম অসিদা দাদর ষ্টেশন মাস্টরদগী টেলিফোন তৌরকই। মখোয়না চঙক্ল-রিবা মুপী অদুগী মরমদা ওইরমাল্লে নিংথিনা ফাজিন্দুনা থম্বিরম্মু লৌবা লাকচরগে হায়রক্লে। মথংগী ত্রেনদা মুতনগা বিন্দিয়াগা থুংলরে। বিন্দিয়ানা মঙ্গোমচাগী মনঙ্গলদা খুৎতুমনা অমুক অনিরক শুরগা হায়রকই– "করিগীনো মীনা কুম্মো কুম্মো হায়-রগা কুম্লক্লিববো, ঐ কয়া ৱারুরে" কপলকই।

"কুম্বা নংদ্রিবনিনে. রেলদি লেপ্তে, নংনা কুম্মো কুম্মোদা হায়, লেপ্লগা কুমগে তৌরিভৈদা নং লৈহৌরিবনিনে।" তমুবীনা কপ্লি কপ্লি খুমলকই। দাদর ফাওবগী টিকেট কক্লগা চর্চ গেট য়েৌনা চৎলম্বগী লুপা ১০ জরি লৌহৌরগা থাদোকলকলে। হন্দকমুক্তি মখোয় টেক্সিনা চর্চ গেট তম্না চৎলকলে।

"মেমা, ঐখোয়না নহাল থকপা যঙ্গোম জাৎ অমা তৌবহু থক্লিংলকইবো।"

"যঙ্গোম মিক্স অহুরো? মহুদি বন্দ্রদা নত্রবদি অতৈ মফম-দদি উদেবো" বিন্দিয়ানা খুমলকই!

"শাবসিদা মাগী শঙ্গোম করি করিনো পংয়ান্না য়ানশিল-লগা উন মতুম অমা হাপ্লহু থকপদা ঈংইনে, পোইনুদবু মখোয়গী সিদদি শাইনে।"

"ঈশিং ময়ানিনা মফম অসিদদি ঈংদে" মুতননা খুম্লকই।

"অহুবু দিল্লিদা ঈংহৌবহুদি?"

দিল্লিদদি নিংথমথাদদি শাথিনা শাথীনা ঈংই।"

দাদর গ্নৌদ্রিঙৈদা লম্বীদা লৈ ডাক্তগী কৈথেল অমা লান্দুনা চৎলি টেক্সি ড্রাইভরনা গাড়ী থৌনা থৌনা হায়রকই – "য়ে ফুলকা বাজার হৈ।" তমুবীনা হায়রকই – "মেমা, লৈ পরেং অসি লৈখিসি।"

বিন্দিয়ানা খংলাও লাওরকঈ— "হেরা অঙাংদৌনা লৈ পরেংনা কৈদৌনগে হায়রিবনো, শান্নগেরাও ?"

পান্নবদি মরৈসি, কয়াবু য়াম্না পীনি হায়বগে" নুতননা তপনা হায়রকই। হন্দকমুক্তি বিন্দিয়া নোকলকলে. হায়রকই –

—"কনাদবু হুক্কে হায়রিবনো, লৈখিসিরাও ?"

"তোকলসিদা" তমুবীস্থ নোকতুনা খুমলকই। হৌজিক্তি পুন্নমক হৌগ্রে. পুন্নমক চৎগ্রে। অদুবু লাইবক থীবনা মন্দোমচাগী অস্তিবু মানা পামজবা মফম য়োৎনবদি ঙমলোইদৌরমান্নে। কপলকই বিন্দিয়া।

"ওন্থোকপনি ইচেগী ইবুংঙো, নংবু কদায়দনো নংগী নখুত্তা পুমনমক শিন্নরমলগা ঐদা ঈংনা শিজগ্গ্রবদি নুংঙাইগনিদকো!" নন্দিনীস্থু মপি শিন্থরকই অদুবু কপ্তুবা শারহুনা থেমজিন্নকই –

- 'ইনম্মা কপকনু, নৌপ্পা শোয়দনা হল্লকনি ডাক্তরনস্থ থিবিগনি হায়রমই!"

"ফংখিগদ্রনে নন্দিনী, ঐখোয়না অশুক কুইনা থিবদদি ফংলক্কে"

"ইনম্মা মাস্থ মাগী থোকপনি লৈরিবা ঐখোয়গী আশাদি

ইনম্মনি ইনর্গা অশুমনা তৌরবদি ঐখোই করমনা হিংগনি ডাক্তরনা রাখল নুংঙাইনা লৈবীয়ু হায় ।"

হিদাক য়াওবা শিরিঞ্জ অমা পায়রভুনা নস' চংলকই -

'কদিগী কপ্পি ইচে. অশুমনা নাত্তনা লৈবা নুংঙাইত্রা নাবা ফগোনা সে হিদাক কাপশিসে" হিদাক কাপলকই ।

১১ শুবা

## (হোটেলগী রুমদা)

দিল্লিনি। কেরল বাগকী রুপম গেষ্ট হাউসকী সেকেণ্ড ফোরগী তরুকশুবা কাদা সুরেস ফমুংদা হিপ্লভুনা খবর পারি। কদিনো মসিবু ওইথোকপ্রনে, সুরেস খংপ্রেক খংনা হৌগৎতুনা ফমই। মাং তাকপগী রাফমনি। কনামত্তা লৈত্রবগুম মাগী মুপী নন্দিনীনা য়ুম ইখোল হোংনা য়োম্থোকলে। মহাক্তী মমা লৈখি-দ্রবা অহৃগা মচেদি? খবরদা মমা লৈতবগী রাফমদি য়াওরে অওব মচেগী রাফমদি পল্লক্তে। নন্দিনীনা মচেবু নিংঙোলনি হায়না উশিত্তইনা খুশি তৌরত্রা? অঙকপা নুংঙাইতদা শাও-নিংবনা তপথবা ঙমলক্তে। ইম্ফাল চৎনবা থৌরাং তৌরকলে। মতম অসিদা বীনাপানি চংলকই হরাও হরাও হায়রকই—"য়েঙো মৌশমীসে আই. এন, এ, মার্কেটতগী লৈরকপনি" সাইদ টেবল মথক্তা চেথাওদা হাপ্লবা মৌশমীবু থমই। সুরেসনা কদিসু খুমলকপা তৌদনা মফি শেৎতনা লৈবক উবদা শকফম হঞ্জিন্দুনা ঙক্লা হংলকই -

"কদায়দা চৎকদৌরিবনো ?"

"ইম্ফালদা"

"করিগীনো অসুক তফিং তফিংনা ?"

"অরুবা মরম লৈবগীনি"

"ঐদি"

"অসিদা অশুম লৈরমগেরা, নত্রগা নয়ুমদা থিঞ্জিনবিরম্মু্বা !"

"অনিমক অমত্তা ঙমলোই"

"অহুদি করি পাল্লিবা ?"

"ঐম নতুং ইনগনি"

' মহুদি য়াখিরোই, অশেংবা অমা খংলুখিগে. নংবু পুশিনবা মতম চাদ্রি।"

"য়ারোই. অহুদি চৎখিবা য়ারোই।"

"'চৎতবা য়াদবনি, অশেংবা খংলগা থিন্দনমক হল্লকনি।" মফি শেৎপা লোয়রহুনা স্যুইটকেশ মচা অহু পায়রহুনা থুনা থোকখ্রে। বীনাপানীনা কপ্‌চ-লাউজবা হন্না ফাওবা তারমদ্রে বীনাপানী জ্ঞান মাংদুনা কপলকলে। অহুবু মতম কুইনা জ্ঞান মাংবী মুগীদি নত্তে। মহাক্না কপ লাউদুনা লৈরবদি হোটেলগী মীশিংনা খংখিবা য়াই খন্দুনা ৱানা কপ্পা তোক্লে। মশম মনা শেমজিন্দুনা কোলিং বেল মেৎলকই। থোংদা কাকু কাকু থিল্লকই। লোয়ননা থোং হাংদোক্তুনা সারভেন্ট অমা চংলকই—

— "হাঁ জি ক্যা মাঁগতা হৈ ?"

বীনাপানীনা হায়রকই—

"এক চায়কে সাথ এক সেন্দব্রীচ"
সারভেন্ত হাইফেং মকোক নোঙ্গয়ুগা থোকখিদুনা চা কপ্ অমগা ডবল রুটিদা থবী থুম মোরোক ময়াইদা হাপ্লুনা শেম্বা সেন্দব্রীচ অমগা ত্রে অমদা পুরক্পুনা থনমলগা থোকখ্রে। বীনা পানীনা চাবা থকপা লোয়রগা ইংনা ব্রাথল তৌবা হৌরকই—
"হো.জক ঐ করি তৌসিগে ?"

## ১২ শুবা

# "টৌটি মখোংদা অমস্থুং তুরেল ব্রাংমদা"

"এঃ ইবুংঙো হৌজিক য়ৌরকপরা ?"

"তামো"

"ইচেবু থিরকইবরা ?"

"অহোয়"

"লাকও লাকও চংলসি" স্থরেস অমস্থুং ডাক্তর জীবন তুংথ-মাংথ বিন্দিয়ানা লৈরিবা কা অদুদা চংলকই। বিন্দিয়া তুমদুনা লৈরমই, মত্রু উবদা ডাক্তরনা হায়রকই –

"ইচেম্বু তুমলি. ঐগী কাদা ব্রারি শারুখিসি" অনিমক থোকখি। নন্দিনী অঙকপা হরাওবা মুংঙাইবগা লোয়ননা য়েং-দুনা লৈহৌই। ডাক্তরগী কাদা চেয়ার অমমমদা ফমথনরে। ডাক্তরনা হৌদোকলকই –

"ইচেবুদি উরে, ইমাবুদি উবা ফংহৌব্রেদো।"

"লাইবক থীবনি তামো।" সুরেসনা নুংঙাইতনা খুম্লকই

"অঙবু অশুক হৈনা করম্না লোৎলুবনো হৌজিক্না করম্না খোক্লক্লিবনো, খবরদা তানথিবা এগী লোংউপতা থুরকইবন্না অড়ক তম্মু তাসিদনা।"

সুরেস ভাব তারে, খবরগী পাউ ডাক্তরগী খুজিল থোরাং মাবু থুননবা লাং থাকপা ওইরম্লে অঙবু খরগীমখৈদি অঙম্বক চুম্লমই। মহাক মমা উনবা ফংহৌদ্রে খরগা থিন্থরমলবদি মচেম উহৌরমদবা য়াই। মথন্নতা নুংঙাইজরক্লে মহাক্না রারি লীবা হৌরকই।—

"তামো ওম্থোকপা হায়বহুনি. ঐহাক এগ্রিকলচর ত্রেনিং পাস হেক তৌবগা সার্ভিসতা চংখি। ইহান হান্না মোইরাংদা তাখি। নোংমা নুমিদাংরাইরম লোক্তাক খোংবান্দা ফমহুনা লোক্তাকী দৃশ্য য়েংলমই। ঈয়ায়দা রাইনু চরাশিংগী মরক্তা মপালনা ইঙো ঙৌনা শাংলি, হৌদবা জগাদা ঈথক্লা ঈপোম চাওনা চাওনা হৌরি, লমঙান্নুশিংনা রাংনা পাইখংলগা অহাং-বদা চিক্লরি উরোক শঙ্কু শঙ্কুনা পাইরি. অশুম্না পুক্লিং চংনা য়েংলিঙৈদা পিয়ন অমনা ঐগী ত্রান্সফার ওড'র পিরখি। ঐহাক য়াইরিপোক্তা ত্রান্সফার তৌরে। মফম অহন্দসু নুমিৎ খুদিংগী ওফিস ছুটি থারবা মতুংদা ভুরেল মপালদা কোয়বা চৎলমই। ভুরেল রাংমগী তোর্বান্দা লৈবা হঙ্গামগী ইথোল অহু য়েংবদা য়াম্না ফজে। হঙ্গাম মপালনা পাঙক্লা শাংলি। মহুদা হেন্না ফজরিবদি ইথোল অহুগী ময়াইদা পিক্লবা লম্বী অহুগী মতুংইন্না

মুমিৎ খুদিংগী নাকলদা সনাবুল য়েপ্লহনা ঈশিং শোকপা লাক্লিবী অহনি। ঐনা মাবু নুমিঃ খুদিংগী য়েংই হায়বসি মাস্ত খংবগুম তৌই। নোংমদি ঐনা ঐগী পিয়নগা লোয়ননা ভুরেল ৱাংমদা কোয়ংমই। নুপী অহুস্ত ঈশিং শোকপা কারকপগা থেংনখি। নকশিল্লকলগা হেন্না ফজংমই। ঙাংতক তৌবা চিনবান মিংমৈ ভুইথবা পা-না য়োমলবা লাউতক তৌবা মিৎ ফজরবা পিশুম ঈ থাংনা ঙৌরবা কুচু মহাকস্ত ঐখোয়গী য়েংলমলগা লুকথহনা চংখি। নুমিৎ অংদাী খংলে মাগী মমিং বীনাপানী কৌই। ঐখোয় মঙুংদদি কন্না থুংশিনরকখি। অহুগা শোমদনা ইমাগা ইচেগনা পাউ থারক্কুনা ঐবু কৌরকখি। ঐগী হায়ন-শিংনরিবী নুপী অহুবু য়েংলুনবা হায়রকখি। ঐ ইমান্নবা অমগা লোয়ননা হৈনিংদনা নুপী য়েংবা চংখি। নুপী অহু মখোয়গী কোম্মোং ময়াগী টৌটি মখোংদা সনাপুল অমা পায়রহনা লেপ্পুনা লৈরমই। মশা পারপ তৌই, কুলে কুচুনি। বীনাপানীগুম্বীদি নত্তে। ঐগী মরুপ অংনা হান্ননা তম্বিরক্কবগুম ইমাগা ইচেগগী মায় য়েংনবা নুপী অহুবু লুহোংনবা ঐঙোন্দা তক্করকখি। য়ানিংদ-য়ানিংদনা নুহোংলে! ঐহাক ইম্ফালদা ত্রান্সফারস্ত তৌরে। বীনাপানীস্তু চেনখ্রে অহুগা অমুক থাইদোক্করে। অশুম্না অহুম মরিরক তৌরবা মতুংদা ময়ুমদা হল্লক্কুনা লৈরে হায়বা পাউ তাখি। চহি অনিগী মতুংদা ঐ অমুক য়াইরিপোক্কা ত্রান্সফার তৌখি। হান্নগুম ভুরেল মপালদা কোইথোকপা চংলি, হান্নগুম ভুরেল ৱাংমগী দৃশ্যস্তু অহুম্মক উই। হন্দক্তি বীনাপানী মপুং

ফাবি মুপী অমা ওইনা ফজরমলে। ঐখোয় অনিগী মুংশিনবা অমুক মথা শমথরক্লে। মাগী বদনাম পুম্বা কাউক্লে পুম্নমক লাইবক্লনি খন্দোকখে। ইমাগা ইচেগবু কিবদগী ওফিসতগী ছুটি লৌদুনা মহাকপু পুদুনা দিল্লিদা বেংগল বাগকী হোটেল অমদা লৈরে। নোংমা লৌ ইখোল য়োনবগী অহংগা ইমা লৈতবগী পাউ খবরদা থেংনরুবদা ঐ হৌগৎতুনা চেল্লকলিবসিনি।"

"বীনাপানীবুদি অদুম ছন্দোকপিরমলব্রা?

"ঐহাক শাওমনখিবনা মহাক্না কপ লাউবা তাখিদে অদুম্মক ছন্দোকলমদুনা লাকখি।"

"অদুক মুংশিনদুনা মাঙমিন্নরসি হায়দুনা পুবিরগা মুপীমচা অদুবু লিচিং অমনা মুংশিবা অদুবু ইরাই লায়না থদগুনা খুদক্তা ছন্দোকলম্বা ওম্বা অদুম্ভু হাকমল্লি। ম গুম্বা কয়াদগী মুপী কয়াগী পুন্সি নীংবা কায়বগা লোয়ননা ওকবীগী লম্বীদা খোংদা খিবা য়াই।"

"মামো" থোংজিলদা লেপ্লদুনা ইমোমচানা কৌরকই। ডাক-তরনা য়েংথোকলকপদা উরে বোইনি ডাক্তরনা কৌশিল্লকই—

—"বোই, নংশু থুংলরে, চংলকউ লাউদনা"

মতম অসিদা নন্দিনী ফিংনা চেল্লকই--

"ডাক্তর, ইনম্বা কৈনোমা তৌব্রে"

ময়াম অমা হৌগৎতুনা বিক্সিয়াগী বা তংনা চেনশিন্নরকই।

## ১৩ শুবা

# "অরোইবা মীনোক"

বিন্দিয়া অরোইবা খোংচৎতা চৎকদবগী থৌরাং তৌরম্লে। ডাক্তরনা মিহুল য়েংলকই, য়াম্রোই হায়বা খংলে বিন্দিয়াগী মমিত্তা মপি মরিক অমা অনি তারকই লোয়ননা ডাক্তরদা য়েংলকই।– ডাক্তরনা হংলকই—

"বিন্দিয়া করি হায়নিংই?" মপি অদু তৈথোকপিরকই বিন্দিয়া রা ঙাংবগী শক্তি লৈত্রে, ইমোমচা তম্না য়েংলকই। ডাক্তরনা বিন্দিয়াগী অপাম্বদু খংলে হায়রকই।

"ঐনা বোইবু, ঐ শিদ্রিফাওবদি ঙাক-শেনগনি শেমগনি।" বিন্দিয়াগী মাইথোংদা দুখঙাইবগী মঙাল অমা ফাওরকই মহাক্না খংই, ডাক্তর হায়খিবা হোংদবা মশাক্ন।

বিন্দিয়ানা মোপ্‌না তম্না য়েংলকই অহুগা নঙ্গিনালুম্ন। সুরেসনা কপ্না কপ্না হায়রকই– "ইচে, ঐ লাম্লে, অমুক হন্না হুম থাদোক্কনা চৎলরোই।" বিন্দিয়াগী মাইথোং রাই শংলবগুম উরকই। মহাক্কী অরোইবা মতম য়ামনা নকশিল্লকলে মহাক্না ডাক্তরগী মখুং অদু মহাক্কী মমায় ময়াদা থাঙ্গৎলক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌরকই। থাঙ্গৎলক্লবদা ডাক্তরগী মখুঙা মশাগী মচুবানা নন্দুনা হিপ্লকই। ডাক্তর তমনা অমুঙং য়েংখৎলক্লগা মোমোন নোক্লকই লোয়ননা মাগী স্বর খংলেপ লেপত্রে ডাক্তরনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লকই। সুরেসনা "ইচে ঐবু ঙাকপিয়ু ঐবু ঙাকপিয়ু" হায়দুনা

মচেগী মখুয়াদা মকোক অহু শুরু শুরু নৈরদুনা কপ্লকই। ইবে মচানা চপ লেপ্তুনা মমিৎ কুপ্তনা মমাবু য়েংদুনা লৈ। "ইন ইনম্মা, হায়দুনা থম্মোয়শোয়া কৌরকই নন্দিনীনা।

ফোঙদোকখিদ্রবা মুংশিবা ফোঙদোকলমলে পুন্সিগী অরোই মিকুপ্তুদি অরোইবা মিনোকনা। হিংনা হিংনা শিরবগুমথি ত ক্রগী লেমহৌরিবা পুন্সি। কাউঙমখিদে অরোইবা , মিনো পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা। ডাক্তরনা সুরেসকী মনঙ্গল পোপ্ পোপ্ ফুরদুনা হায়রকই—

"হৌগংলো সুরেস। নচেগী অরোইবা মথৌ পাংথোক্ল হোৎনরো।"

সুরেসনা থম্মোই শোকনা হায়রকই—

"তামো. ঐনা কৌবদা ইচেনা অমুক্তা খুমলমদবা করিগীনে লমহেনবা মৌপা। ঐবু ঙাকপিখিদ্রমাল্লে ইচেনা, হায়বু তাবে মসিবু করিগী খু শাওনো ?

# লোইরবা

